বিষ্ণুপ্রভাকরগী 'নব প্রত্যয়'

# অনৌবা অয়ুক

হন্দোকচবা

আরঃ কেঃ কর্ত্তাসনা

বিষ্ণুপ্রভাকরগী 'নব প্রভাত'

# অনৌবা অয়ুক

( অশোক মতমগী ঐতিহাসিক নাটক )



*হিন্দীদগী মণিপুরীদা হন্দোকপা*

**আর: কে: কর্ত্তাসনা সিংহ**

# ANOUBA AYUK

( A Historical Drama )



অহানবা ফোঙবা : ডিসেম্বর, ২০০৩

3|1|09

কোপি মশিং : ১০০০

ফোঙজবী : লিলাবতি দেবী
নিংথৌখোং

নম্ফম : ঐঙ্গা কম্প্যুটর প্রিন্টিং সেন্টর,
উরিপোক-নাওরেমথোং, ইম্ফাল।

মমল : লু: ৬০/-

লাইরিক ফংফম : ১। অইবগী য়ুম,
নিংথৌখোং
২। ইম্ফালগী লাইরিক য়োনফমশিং।
৩। সেবা ভারতী, নাগমপাল, ইম্ফাল।

# ভুমিকাদগী

অনৌবা অয়ুক, মিংথোনজরিবা ড্রামা অসি হিন্দী সাহিত্য জগতকী শক্লাইরবা অইবা শ্রীবিষ্ণুপ্রভাকরগী "নব প্রভাত" কৌবা ড্রামা (১৩শুবা খুফোঙ, ১৯৭৩) অদুবু ইমালোন্দা শক্তম লাংনবা হোৎনজবগী মহোৎনা অমনি।

তৌবগীদি নাটক অসি প্রস্তাবিক অমসুং উপসংহারগা থারগা তাংকক মঙাদা ইরম্লবসু 'মরুওইবদি অহানবা, অনীশুবা অমসুং অহুমশুবা অসিদনি, প্রস্তাবনা অমসুং উপ-সংহার অসিদি বাফম খরা ফোংদোক্লবা হাপচিনবনি' হায়না ইবিরম্মি। অহানবা অমসুং অনীশুবা তাংকক অনীমক অইবনা এ: আই: আর:গী অখন্নবা থৌরমশিংদা শন্দোক্লবা রেডিও রূপক ওইনা ইখিবনি অমসুং কয়ারক হন্না শন্দোকখিবগী বাফম পনবীরম্মি অদুমক্পু করম্বা চহিদা ইখিবনো হায়বদুদি অকক্লনা পনবিরমদ্রে। ড্রামা অসিগী ক্লাইমেক্স ওইরিবা অহুমসুবা তাংকক অসিনা অইবা মশামক্কী 'জীবন-দীপ' মিংথোনবা বারীদগী শেমদোক্লকপনি হায়নসু পনবীরম্মি।

লীনা-তানবা বারীশিং অমসুং নিংথৌরেন অশোক্কা মরী লৈনবা অতৈ লাইরিকশিংদগী তোঙানবা মওংদা অইবনা কল্পনা খরা নাটক অসিগী মনুংচন্না তৌরম্মি । খুদম ওইনা

- কলিঙ্গ রাজকুমারগী আত্মহত্যা (সুসাইড),
- মহেন্দ্র অমসুং সংঘমিত্রাবু অশোক্কী মনাউনুপা অমসুং মচন নুপীনি হায়বা,
- কলিঙ্গ কুমার অমসুং সংঘমিত্রা অনীগী নুংশি নুংওলগী বাফম অসিনচিংবনি ।

মতাং অসিদা, "ইতিহাসকী থৌদোকশিংবু শেমদোক শেমজিন তৌননবগী ঐগী অধিকার লৈতে, তৌইগুম্বসুং মফম মতমগা চাননা কল্পনা তৌননবগী অধিকারদি শোয়দনা লৈফম থোকই; তৌবদদি অদুগুম্বা কল্পনাশিং অদুমক্তা ইতিহাসকী তশেংবশিং অদুগী মপাঙ্গল হাপ্পা ওইগদবনি" হায়না অইবনা ঐতিহাসিক রচনাশিংদা কল্পনাগী মফম তাকপিরম্বগা লোয়নননা মহাক্কী কল্পনাশিংবু কনখৎলল্লিবা অসিসু পূক্লীং চিংশিন্নিঙাই ওই। অসিদসু নত্তনা প্রভাকরজীনা মহাক্তা তৌরল্লিবা কল্পনাশিংগী চপ-চাবা মরমশিং পীরম্মি। "কুমারগী আত্মহত্যাগী পান্দমদি অশোক্কী থমোয়দা চাকখৎলক্লিবা নিংঙমদবগী মৈচাক হেনগৎনা মৈরাইহন্ননবনি। উড়িয়া লোনগী অইবী শ্রীমতী সরস্বতী দেবী পানিগ্রাহীনা মহাক্কী 'কলিঙ্গ-বিজয়' দা মাঙজৌননা পান্দম মান্নদ্রবসু কল্পনা অসি তৌরম্লবনি" হায়না অইবনা পল্লম্মি।

'দিব্যাবদান' অমসুং 'মহাবংশ'নচিংবা ভারত অমসুং সিংহল (শ্রীলঙ্কা) দা ফংলিবা লাইরিকশিংগী হেনজিন্না হায়জিনবা অমসুং চয়েৎনবা রাফম কয়াবু উরুরগা মখোয়দুবু তুংওইনরম্লগা, গুফাদা, নুঙদা, অচৌবা, অপীকপা যুম্নীশিংদা ইরম্বশিং, হুয়েন্টশাং, ফাহ্যান অমসুং 'উত্তরী বৌদ্ধগ্রন্থ'শিংদা যুমফম ওইরগা অইবনা মহেন্দ্র অমসুং সংঘমিত্রাবু অশোক্কী মমা তিন্নদবা মনাও অমসুং মচননুপী ওইনা লৌবনি হায়বগী রাফম শুগাইনা ইবিরম্মি।

কুমার অমসুং সংঘমিত্রাগী প্রনয় কল্পনাসু শ্রীমতী পানিগ্রাহীগী কলিঙ্গ বিজয়দা হান্ননা য়াওরম্বগী রাফম অইবনা পল্লম্মি। মতৌ অসুম্না কলিঙ্গ রাজকুমারীগী কল্পনা অমসুং অশোক্কী রাণীশিংগী মরক্তগী কারুবাকীবু লৌখৎপনচিংবা পূম্নমক্কী মরম মতীক চানা-চানা অইবনা পনবীরম্মি। শাংদোকখিগদ্রা কিজবদগী রারোল পূম্বা শুগাইনা থমজদ্রে।

'নাটক অসিগী মনুংচন্না য়াওরিবা ঈশৈশিং অসি ভাই চিরঞ্জীতনা ইবিবনি, মখোয়সি য়াওরমদ্রবদি নাটক অসিগী রস মপূং ফারগনি' হায়না অইবা বিষ্ণু প্রভাকরনা চিরঞ্জিতকী মফমদা তৌবিমল খঙ্বা উৎলম্মি। অদুগুম্বা ঈশৈশিং অদুদি মশাগী শকফম কায়হন্দবা ঙমজদবনা, ভাবমক্তি কায়হন্দনা, সুর পানবা য়াগদ্রা খঞ্জবা মওংদা থম্লনবা হোৎনজরে।

লানফমগী মীশি-মীনা, মীকপ-মীরাউখক্তা নত্তনা, ভারত ইতিহাসকী মায়োনমক হোংহনবা থাক্তা ভারত সম্রাট অশোক্কী থমোয় ওলহনবদা থোক্লম্বা য়াবা, হেন্না শোকপা, হেন্না লুবা থৌদোকতুমক অইবগী থৌরবা কল্পনানা ইতিহাসকী পরীং কায়হন্দনা পুথোক্লকপা পোথোক্নি 'নব প্রভাত'। নাটক অসিবু ইমালোন্দা পাউদমজবদা য়াওরমগদৌরিবা 'লৃজদবা' অপূমবা ব্রাহম্থোকচরিবা ঐগী পাঙজদবা ইতৌনি, অইবগী নত্তে। পাম্বোম পাঙ্গল অমসুং খূৎলাই পাঙ্গল, অনীমক্কী ঙমখৈ লৈ। ঙমখৈ অসিদা পাবিরিবশিংগী পূক্লিংবু মীকুপমতং চিংশিনজবা ঙম্লবদি হোৎনজমন মহৈ য়াম্লে লৌজগনি।

কর্ত্তাসনা সিংহ
নিংথৌখোং
১৬/৭/২০০৩

# পাত্র

| | | |
|---|---|---|
| ১। | অশোক | ভারত সম্রাট |
| ২। | রাধাগুপ্ত | অশোক্কী মহামন্ত্রী |
| ৩। | মহেন্দ্র | অশোক্কী মনাও নুপা |
| ৪। | কুমার | কলিঙ্গগী যুবরাজ |
| ৫। | উপগুপ্ত | বৌদ্ধ ভিক্ষু (লম্বোইবা) |
| ৬। | চণ্ডগিরি | কৈশুমশঙগী শঙলিংবা |
| ৭। | ভিক্ষু | ফিজেৎ ওল্লগা পাউ লৌবা, বন্ধুজীব |
| ৮। | থোঙশঙবা | থোঙশঙবা |
| ৯। | সংঘমিত্রা | অশোক্কী মচন নুপী |
| ১০। | কারুবাকী | অশোক্কী রাণী অতোপ্পা |
| ১১। | রেবা | কোনুংগী শৈশকপী |
| ১২। | ভিক্ষুনী | কলিঙ্গগী রাজকুমারী |

মতম:

কলিঙ্গ লানগী অরোইবা অহিং, খৃষ্টগী মমাঙ চহী ২৬৫গী ভারত।

মফম :

কলিঙ্গগী রাজধানী তোসলীগী অনকপদা লৈবা লানবুঙ (তোসলী- হৌজিক্তা পূরী জিলাগী মনুং চম্না লৈবা 'ধৌলী' হায়না খঙনরিবা মফম)।

# অনৌবা অয়ুক

## প্রাস্তাবিক

*(রঙ্গমঞ্চতা, তারমদাই নুমিৎকী ঙাড্রানবা মঙালনা ঈংনা ঙাল্লি। নকশিল্লক্কবা অশিংবা হায়বদুগী মতৌগুম অমম্বা কৌবা মহাক্কা তপ্না-তপ্না অঙানববু লাকশিল্লকপগুম উই। অথাপ্পা লানবুঙদগী কারকপা ঈগী লৈচিলনা অতিয়া শীন্না কৃপশিনখিবগুম তৌরি। পূম্নমক মাঙ তাক্লগদবগী মওংনি। মৈখু অমসুং মৈরীনা অতিয়া, পূম্বা য়োৎলগে হোৎনরিবগী মতৌনি। করিগুম্বদা লঙজাশিংনা মশা ফর ফর খপুনা পাইথোকখ্রি। শঙ্খদগী চিখহৌরবা, নাইতোম তারবা কৈশাল অমা শুং শুং নমদুনা লাক্লম্লগা থোকখি। চরাঙনবগী মতৌসু উদে অদুবু শান্তি লৈবসু নত্তে; অকিবা ফংলবা অচীকপনি, নাহেখোল পূম্বগী মখৌরী মেখৎপ্রবগী মতৌনি। মাঙ-তাকপগী কৃষ্ণে য়েংনা য়েংনা শান্তি লাইরেম্বীনা অকি মঙলান মঙদুনা মশানা মশাবু কাউথোকপ্রবগী মওংনি। ফিজং হাইগৎখিবগা লোয়ননা থব্রায় য়াওদ্রবা অচীকপা অদুবু থুগাইদুনা তপ্না তপ্না বীণাগী খোঞ্জেল তারকই। অদুবু তারিবা সঙ্গীত অদুদা নুঙাইবগী ইহুল য়াওদে, অব্রাবগী চৈনাখোলনি, মীওইবগী তেংথাখোন্নি। খোঞ্জেন্দু নক্কা তারক্লিমখৈ থমোয়দা অকিবা, নুংনাংবা অমসুং অব্রাবনা, লীনগুম ফৈজা কোনশিল্লকই, তিংখঙনা থিনবগুম ফাওরকই। তাঞ্জাদুদা ঈশৈ শক্লা শক্লা শৈশকপী চঙলকই। চুঙ ফিরাল চানা নীংথীজবী লৈশাবীনি অদুবু মায়থোংদা পুঙমদবা অব্রাবগী মমি তারি। কোইরাওনরবা মমিৎশিংদা অকিবা ফংনা নীংবা কায়বগী মমি তারি। লুতুংগী শঙ্খুন কোমথরক্লুনা বকুল পরেংসু হাইথরকই। খ্বাঙদা শেংপা ফিবু লাকশিল্লিবা করধনীসু কোমথোকখ্রে অদুবু করিগুম্বা অমত্তদা মহাক্কী পূক্লিং চঙদে। ঈখেং মচু মাল্লবা অহাঙবা অতিয়াদা মীয়েং থমদুনা অব্রাবা স্বরদা ঈশৈ শক্লি। থোৎলবী খৃৎশাশিংনা শোকপা খৃদিং বীণাগী তারদগী প্রলয়গী ঝনকারগুম থোক্লকই।)*

## ঈশৈ

ইমা নঙগী তমপাকসে
প্রলয়গী মৈরীনা চাক্লরে
নোংচুপ চীংয়া তময়াসে
ইঙাং মৈরী মৈহৌরে ॥

চিতাগী শম্বুল থোক্লুনা
অমুবা মৈখুগী মপৈনা
মায়কৈ থুংনা শীল্লক্লে,
পুমথরবা হকচাংশিং
মৈবাইরিবা য়ূমজাওশিং
ঈঙাংনরবা লম্বীশিং
তেংথা নাওই কপ্লক্লে ॥

থন্না-থন্না থক্লবা
ঈঙাং খুজোক খুজোক্তা
পেনবা কৌবা নাইদ্রবা
লাল্লেমগী ইখৌনি,
মীকপখোন্দা থোৎত্রবা
বজ্র থমোয়নি হিংসাগী ॥

ইমা! নঙ্গী মীৎলু লাইজনা
মৃৎঙল্লরোইদবা মৈচাক্লি
চিতাগী উৎনা পাইদুনা
লাইরল্লেন্দা হংলুরি
পৃক্সি গঙ্গা পুরকপা
ভগীরথকুম্বা প্রজাশিং
কদাইদনো ঙসিদি ॥

*( অশুক্কী মতীক পূক্লিং লুপ্লা মশামকপু কাউথোক্লা শকপা শৈশক্লি, অতাবা খূদিংমক্কী থমোয় অব্রাবনা লাকহৎলি। নাকল অমদগী*

*লাম্মীগী ফিজোন শেত্তুনা নুপী অমা চঙলকই। মথোৎ কারক্লিবী ওইরবসু শম্মুন চেৎনা পুনখিবনা লীরি চিংলবা লীরুংগুম উরবা, মাগী মায়থোংনি। খাংদা খাংচেৎ চেৎনা লাকশিল্লি। কন থৌরবা লাম্মী অমগী ফিভমদগী করিমতা তাদবা শওংনি। পূম্নমক ওইদুনসু মহাক নুঙাইতনা উই। চঙলকপগা অৱাবা খোঞ্জেন্না কৌরকই)*

সংঘমিত্রা : রেৱা ! রেৱা !

রেৱা: কনানো ? *(উরবদা)* দেবী ! *(নোম্থদুনা)* ননাইনা খুরুমজরি দেবী!

সংঘমিত্রা: য়ারে রেৱা য়ারে। অদুবু... খোইথুম্নরবা নখোঞ্জেলবু অৱাবনা থলহন্দুনা, খূৎলাইখক্তা নত্তনা শঙ্গীত ফাওববু মহানাশ* অসিগী মচাক ওইহল্লিবা নহাক্কী নতৌ অসিবু করিনি হায়বগে রেৱা ?

রেৱা: দেবী ! মহানাশকী পুংফম অসিদদি শৈতানখকতনি হরাউনা জগোই শারিবা। লঙ্জা, কৈশালদনি, নুংঙাইনা অলাপ তৌরিবা। অতৈদি, অশিবা কৌবা মহাক্কী হিংচা য়াইতম্নবা লীলানি। মালেম লৈমায়থক অসিদা লাইবক থীরবী কয়া কয়াগী মীৎলুদগী চেনথরকপা অৱাবা লাইজগী ঈচেলসিদা মতূপ মতূপ কক্লবা মীওই কয়াগী অশিবা হকচাংশিংনা ঈরোইরি। নোংমদোন অতিয়া থক্তনা স্বর্গদা লৈফম চন্দ্রবা থৱায় কয়ানা নুমিৎকী মঙালমকপু থৎচিন্দুনা থৱায় য়াওদ্রবা মশা-মশাগী হকচাংশিংদা লান্দারি। পূম্নমক অসিবু মীওইবা কৌবা ঐখোয়না মায়পাকপনি শীংথারি; সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতাগী বিজয়! *(লৈথোক্লক্তুনা)* দেবী ! হায়বিয়ু অসিগুম্নবা ফিভম অসিদসু তেংথাখোনগী মৈরী নত্তনা ঈশৈদগী ঈংলবা প্রেমগী আশা তৌবিরিবরা? অশিবগী নত্তনা অহিংবগী মপাউ তাবিনিংলিবরা ?

* মহানাশ- অচৌবা মাঙ তাকপা ।

সংঘমিত্রা: *(মনাক্তা চঙশিল্লক্তুনা রেৱাগী নঙ্গদা পোপ পোপ থাবিরদুনা)* তপথৌ রেৱা! তপথৌ, থোক্লিবা পূম্নমক ঐহাক্সু উরিবনি। ঙসিদি মীওইবা পূম্নমক ঙাওরবনি। কয়াগী মতীক ঙাওরবগে হায়ববু রেৱা ! মহ্‌নাশকী লীলা অসিমক্কী সূত্রধার ওইরিবা সম্রাট অশোক, মশামক ঙসিদি নুংনাংবা পোক্লবনি। 'মায়থীরিবসি কলিঙ্গরা নৎত্রগা মশামক্তা, শীম্বুরিবা ঈখেংসি শান্তিগী ঈখেংলা, মাঙ তাকপা হায়বদুগীরা;' মশামক চিংনবা ফাওরবনি।

রেৱা: *(ঙক্লা)* দেবী !

সংঘমিত্রা: হায়রিবসি অচুম্বনি রেৱা ! সম্রাটসু নুংনাংবা ফাওরবনি।

রেৱা: *(হেন্না ঙক্লা)* সম্রাটসু নুংনাংবা ফাওরবা ?

সংঘমিত্রা : মদুমক মাল্লি রেৱা। হৌখিবা নুমিৎ মরী মঙানি অসিদা সম্রাটকী ৱাখল অঙকপা ফংনা হোংখ্রবনি। লানবুঙ নৎত্রগা কৈশুমশঙদগী হল্লকপা খূদিং থমোয় শোক্র-শোক্লা হল্লকপা উই।

রেৱা : *(খোঞ্জেন লূমথনা)* ঐসু অদুম্না খঞ্জরিবনি দেবী ! নুংশিবা ঈশৈ তানা তানা মতোম্মতা হেক হেক খংবগুম তৌই। মখূৎ তিংথোক্তুনা ওন্না ওন্না হেক হেক য়েংই।

সংঘমিত্রা- মানি রেৱা ! মদুমক লাঙতক্লবগী খুদম্নি। ঈঙাং পাক্তেনরবা লানফম, চৈনা খাঙবগী নাহেখোলতনা নিল্লবা কৈশুমশঙশিংদা চৎলুরগা হল্লকপা খূদিং নঙগী নুংশিরবা, অৱা মৈচাক মূৎঙল্লবা শৈশক তাদুনসু 'নরক অসিদা কদাইদগী নুংঙাইবা ফাওরক্লিবনো' হায়না থাজবা ঙমদ্রবনি।

রেৱা: *(ৱাখল তৌবগী মওংদা)* দেবী নহাক্কী থাপ্না উবা মীৎয়েংনি।

সংঘমিত্রা: *(মোমোন নোক্তুনা)* ফরে রেৱা ! ঙসিবু নহাক সম্রাটকী নাক্তা চৎলুদ্রবরা ?

রেব্বা: ঙসিদি দেবী য়াম্লা লুনা ৱাতানরি তাজবদগী চৎচরুদ্রি!

সংঘমিত্রা- ও ... খঙলে ! কলিঙ্গগী রাজকুমার হৌজিক ফাওবা ফাবা ঙমদ্রিবনি। মদুগী চিন্তানি।

রেব্বা : দেবী ! হৌজিক্তি তোসলীদা কনাবুসু উদ্রে। কদাইদবু চত্তুনা কুমার লোৎখ্রবনো খঙদে। ঙরাংদি লানফমদা থৌনা নীংথিনা উৎলম্মি তাই। কুমারগী শামু তেঙ্গোলগী লাঞ্জংদা মাগধ তেঙ্গোল হা হা কার লাউনখ্রে হায়নৈ।

সংঘমিত্রা: *(ইতাও তাউনা)* মানি রেব্বা উববুদি ঐসু উহৌই অদুবু মদুনা কৈদৌনি? লান্দি হৌজিক ফাওবা লেপত্রি। য়েংউ অতিয়াদা লৈনা লৈনা পাইরিবা লঙ্জাশিংগী মতৌ অসি য়েংউ। অথাপ্পদগী মৈঙালসু উরক্লি। অমম্ববু কোকহল্লগে হায়না কনানা থারক্লিবা মৈনো ? *(স্বর হোন্দোক্লুনা)* সংসার অসি তুম্না মাঙখ্রগনি অদুবু লান অসিদি খক লোইররোই।

রেব্বা: অচুম্বনি দেবী ! লান অসি লোইররোই। মীওইবদা চেল্লিবা হিংচা য়াইতম্বগী পৃকচেল অসিনা লান খক লোইহল্লোইদৌরি। দেবী ! অশুক্কী মতীক মীওইবনা শিননবা হোৎনরি; অদুবু হিংননবা খরা মখৈ হোৎনবদা সংসার অসিগী অকায়বা করি লৈগনি ?

সংঘমিত্রা: *(নোকফেৎ তৌদুনা)* রেব্বা নংসিদি ঈশৈ শকপদা নত্তে ৱাখলসু য়াম্লা খল্লিনা। খিত্তং লান্না খনবগী ৱাদনি । হোৎনরিবা পূম্নমক অসি মীওইবনা হিংননবগীদমক্তনিনে রেব্বা। হোয়, মশা হিংননবগীদমক হোৎনৈ হায়বদুনা তোঙানবা ৱাফম অমনি। নহাক্লা হায়রিবা 'য়াইফবা' কৌবা পোৎশক অদুদি মীওইবনা অতোপ্পগীদমক হিংবা হৈরবা মতম অদুখক্তদা ফংগদৌরিবনি। অদুবু ... অদুবু *(খঙহৌদনা)* লাক্লিবসি কনানো?

*(সংঘমিত্রা মায়কৈ অমদা ইঙ্গিৎ তৌই, রেব্বাসু মায়কৈ অদোমদা য়েংই)*

রাধাগুপ্ত : মদুমক্কি সম্রাট ।

অশোক : অশেংবরা মহামাত্য ?

রাধাগুপ্ত : য়াথং পীনবিরবদি রাজকুমারবু সম্রাটকী খুয়াদা পুশিঞ্জরক্কে ।

অশোক : *(য়ানিংফাত্তনা)* ঙাইখো হৌজিক ঙাইখো । হৌজিক লানগী দরকার ওইদ্রবরা ? ঐঙোন্দা অমুক্তা হান্না হায়খো।

রাধাগুপ্ত : অচুম্বনি দেব ! হৌজিক্তি কলিঙ্গ বিজয় মপূং ফারে।

অশোক : *(মতৌ তমদুনা)* অচুম্বনি দেব ! কলিঙ্গ বিজয় মপূং ফারে। লান লোইরে । হৌজিক্তি খূৎলাই মখোন তাবা ফংলরোই, অশোকপশিংগী নাহেখোনসু তাররোই।

রাধাগুপ্ত : দেব ! হৌজিকতি খূৎলাই খোঞ্জেন তাহনগদবা কনাবু কলিঙ্গদা লৈহৌরি ? নুপী, অঙাং, অহল খরা অদুদি, কূপত্রবা মমিৎশিং অদুনা তরঙ্দা য়েংবা নত্তনা তাবসু ঙমদে ঙাঙবসু ঙমদে । মখোয়দা ঙাঙ্লুরবসু, ঙাঙ্লুরিবা মহাক অদুমকপু মহী চেলহনগদবা মীৎয়েংনা য়েংলকপা নত্তনা করিসু খুন্নকপা লৈতে । হৌজিক তারিবা, ঙাঙ্লিবা হায়ববু মী অমখক্তনি দেব !

অশোক : মহাক্কা করি হায়রিবা ?

রাধাগুপ্ত : মদুদি তমজবা ঙম্লোই দেব !

অশোক : *(শাউনা)* মহামাত্য ! ... নহাক কনাদা ব্রা-ঙাঙ্লিবনো খঙব্রা ?

রাধাগুপ্ত : খঙজরি ভারত সম্রাট !

অশোক : অদুদি ... ?

রাধাগুপ্ত : (নোল্লুক্লা) তাবিনিংলবদি সম্রাট ! মীওই মশামক্কী মচীনদগী তাবিগনিদো ।

অশোক : অদুদি, চীপ্পীবা মহাক অদু, হৌজিকমক ফাদুনা পুরকউ।

রাধাগুপ্ত : *কলিঙ্গ রাজকুমার বন্দি ওইরে হঙ্গৎচখিবা অদুনি দেব।*

অশোক : কলিঙ্গগী রাজকুমার ? লানফা ওইরমক্তদা চীন-থীবসু হৈরিব্রা?

রাধাগুপ্ত : অহোইনদুম হেনগৎখ্রে সম্রাট !

অশোক : *(মখদাং চীক্লুনা)* মহাক ভারত সম্রাট অশোক্কী মতীং খঙদে।

রাধাগুপ্ত : সম্রাট ! মগধদা অতিথি ওইনা লাকখ্রবা কুমারনি । মাগী থৌনা লিংজেল সম্রাটনা খঙবিরিবা অদুনি । শাদানঙৈ হাক্তক্তসু মহাক্কী লীকাপ তেনকাপ খুদিংমক সম্রাটনা হায়নিঙাই লৈতনা থাগৎপিখি । দেবী সংঘমিত্রদি ... ।

অশোক : (কন্না/লাউনা) মহামাত্য !

রাধাগুপ্ত : ঙাকপিগনি দেব ! দেবী সংঘমিত্রাদি ঙসি ফাওবসু কুমারগী প্রশংশক্লি সম্রাট । কুমার লানফা ওইরে তাবদা হৌজিকমকসু হায়রম্মি ..

অশোক : *(ইতাউ-তাউনা)* ... করি হায়রম্মি ?

রাধাগুপ্ত : অকনবা অমগী মফমদা তৌফম থোকপা ব্যবহার অদুমক কুমারগী মফমদা চপচানা উৎকদবনি হায়রম্মি ।

অশোক : *(ফিভম হনজিল্লদুনা)* মহামাত্য ! দেবী সংঘমিত্রাগী পাউতাক দবকার ওইদে । হৌজিক করি তৌফম থোকই, ঐ চপচানা খঙই । কুমার ঐখোইগী য়েক্লবনি । য়েক্লবদা করি লীচৎ চৎফম থোকই, সংঘমিত্রাসু খঙলিবনি । নহাক্লা বন্দী অদু পুশিল্লকউ । মহাক্কী মব্রা তাখিগে ।

রাধাগুপ্ত : সনা য়াথংনি দেব !

*(রাধাগুপ্ত থোকখি, লানগী ফীজোন্দা সংঘমিত্রা চঙলকই)*

সংঘমিত্রা : য়াম্বুং !

অশোক : কনানো ? সংঘমিত্রা ! তাঙ্গাসিদা - মফমসিদা নহাক ?

সংঘমিত্রা : শৈশকপী লাকএ হায়বা সম্রাটতা হঙ্গৎচনবা ...। য়াথং পীনবিরবদি মহাকপু ...

অশোক : নত্তে সংঘমিত্রা ! ঐগী অরুবা থবক লৈরি ।

সংঘমিত্রা : সন্ধ্যা মতমসিদা সম্রাটকী করম্বা থবক্লো ননাইনা খঙজবা য়াগদ্রা ?

অশোক : নঙ থবক্কু খঙনিংই *(থুনমক)* নত্তে সংঘমিত্রা ! ঐ নঙোন্দা তাকপা য়াদে ।

সংঘমিত্রা : তাকপিদ্রবসু পূম্নমক খঙজরে সম্রাট!

অশোক : নহাক করি খঙই ?

সংঘমিত্রা : কলিঙ্গ কুমারগী লাইবক লেপকদৌরি হায়বসিনি সম্রাট। ঙসিদি সম্রাটকী চাংয়েং নুমিৎনি হায়বসিখক্তং সম্রাটতা হঙ্গৎচনিংবনি।

অশোক : ভারত সম্রাটকী মতীক্তি তাইবঙনা খঙনরি । কুমারদি ইখুয়া খাদা মকোক নোঞ্জবা তাবনি ।

সংঘমিত্রা : নোন্দ্রবদি সম্রাট ?

অশোক : থাঙশাংশিনা নোলহনগনি ।

*(থাঙখুমদা থাঙখোন থোকহল্লি )*

সংঘমিত্রা : *(পাখৎলপ্পা)* ... য়াম্বুং ।

অশোক : *(নোক্লদুনা)* পাখৎলে ! নংসু খূৎলাই কিরব্রা ?

সংঘমিত্রা : কিদে ... ঐ খূৎলাই কিজদে ।

অশোক :- অদুদি কুমার শিগনি কিরে ?

সংঘমিত্রা : নত্তে সম্রাট - ঐ মাগীদমক করিসু ৱাদে ।

অশোক : অদু ওইরবদি করিগী চিন্তা ... ?

সংঘমিত্রা : থাঙবু থৌনাগী খুদম্নি খনবিখিগদ্রা হায়না, সম্রাটকীদমক ৱাজবনি ।

অশোক : থাঙশাং নৎত্রবদি থৌনাগী অর্থ ?

সংঘমিত্রা : থমোয় ! থমোয়গী পাকচাওবা অমসুং পূকর্চেল চাউবা হায়বদুনা অশেংবা থৌনানি সম্রাট !

অশোক : থমোয় চাউবা ... পূকচেল চাউবা ... *(খংকন কন্না)* থমোয় চাউবা ... পূকচেল চাউবা ... কলিঙ্গগী লম্বোইবদুগী ৱাঙাঙ্না নঙবুসু শুমহৎশ্রবরা সংঘমিত্রা? নংসু নুপীনি .. নুপীগীদি ঙাকথোকচনবা পাঙ্গল শোল্লি । অদুবু নিংশিংউ বৌদ্ধশিংগী অশোনবা নীতিনা ঐ ভারত সম্রাট ওইরকপা নত্তে ।

সংঘমিত্রা : অদুমকপু সম্রাট ...

*(কনাগুম্বা অমা লাকপগী খোঞ্জেল ... )*

অশোক : (থুনা) সংঘমিত্রা নহাক চৎখিবনা ফরগনি।

সংঘমিত্রা : য়াম্লুং !

অশোক : চৎলো সংঘমিত্রা ভারত সম্রাট অশোক্কা নহাকপু চৎখিননবা য়াথং পীরবনি ।

সংঘমিত্রা : *(চৎনা- চৎনা)* চৎচরে সম্রাট ! অদুবু পূক্নিংগী পাক চাউবনা অশেংবা মতীক্নি হায়বসিদদি নিংশিংবীগনি সম্রাট !

(চৎথি)

অশোক : (মথন্নতা) পূকচেল চাউবনা থৌনানি । সংঘমিত্রা নঙনা হায়নিংলিবদু ঐ খঙই । কলিঙ্গ যুবরাজবু নঙনা নুংশি । নঙনা ঐবু নমথাক তৌবা য়ারোই । ক লিঙ্গ যুবরাজ ঐগী য়েক্ল বনি, নঙনা ইচলনুপীনি ।

*( রাধাগুপ্ত কলিঙ্গ কুমারগা লোয়ননা চঙলকই । লাম্মী অনীগী ময়ায়দা লাকই । মনুং হেক চঙলকপগা মহাক খরা হন্দোক্লুনা লেপই । লানগী ফিজোল শেৎলি। মুনরং তৌবা কুচুনি, অপাকপা লাইবক, অফনবা থবাক, আত্মবিশ্বাশনা থল্লবা মীৎয়েং, অচোনবা পাম্বোম্না রক্ষা অমসুং দণ্ড অনীমক্কী অপূনবা, য়েংবদা মীৎফম হোংনিংদবা শকফম্নি )*

রাধাগুপ্ত : সম্রাটকী জয় । কলিঙ্গ যুবরাজ পুজরক্লে।

অশোক : *(অরূম্বা খোনফমদা)* মহামাত্য হৌজিক্তি কলিঙ্গগী যুবরাজ অমত্তা লৈতে । ইচম চম্ব বন্দী অমনি ।

কুমার : অশোক ! মশাগী অশেংবা শক্তমদদি পূম্নমক মীচম ঙাক্তনি নহাকসু অহানবদা অশোক্লি, সম্রাটনা কোন্ননি ।

অশোক : *(হেন্না কনশিন্না)* বন্দী ! কনাদা ব্রা ঙাঙ্লিবনো খঙদ্রবরা?

কুমার : মগধগী মীহাৎপা সম্রাট চণ্ডাশোক্কা ব্রারী শারি হায়বা ঐ করিগী খঙলোই ? মালেম ইমাবু মচা কয়াগী ঈখেং নমদুনা পীথক্লিবা অদুগুম্বা অশোক্লি ।

অশোক : *(শাউনা)* বন্দী ! ... কলিঙ্গগী প্রজাশিংগুম নহাকসু ঙাঙগনবদা নত্তনা নবুকসু ফত্রি । চাউখত্তবা নরমচত্তুগী মনাদি ইনাক্তা লৈরিবা থাঙশাংসিদনি । *(থাঙ উৎলি)*

কুমার : মীহাৎপগী নাক্তবু থাঙ নত্তনা অতৈ করিদি লৈগনি?

অশোক : বন্দী ! হৌজিকমক নঙক্তু ককপা ঙম্মি ।

কুমার : *মচা লাখ -লাখকী ঈখেং থকত্রবী মালেম ইমানা মচা অমখক্কী ঈখেংগা থকপদা করিগী নাচুংলুগনি ?*

রাধাগুপ্ত: লিংজেন খাবা হায়বদুগীসু ঙমখৈ অমা লৈবনি কুমার।

কুমার : নঙশু শাউনিংলে মহামাত্য ! বিষ্ণুগুপ্ত চানক্যগী শিষ্যনি হায়বদা মতীক চায় । অদুবু তাও মহামাত্য ! মী হাৎপদা হালেংদ্রবা নঙগী সম্রাটসু নোংম নৎত্রগা নোংমদি ঈখেংশিং অসিগী মমল পীরখিনি, মশামক্কী থমোয়না মশাবু তুক্কচরকখিগনি ।

অশোক : *(ঙকচাননা)* উপগুপ্তগী ৱাঙাং অদুমক ... বৌদ্ধ লম্বোইবদুগী ৱাঙাং । বন্দী ! বৌদ্ধশিংগী পাওদ্রবা নীতিশিং অদুনা নখোয়গী লৈখা তাবগী মরম্লি ।

কুমার : ঐদি লৈখা তাখিদ্রি অশোক ! তারিবদি নহাক্লি ।

অশোক : ঐ ... লৈখা তারাবা ... ভারত সম্রাটনা লৈখা তাবা। ওইথোক্তবনি বন্দী ! ওইথোক্তবা ৱাফম্লি ।

কুমার : ওইথোক্তবা নত্তে অশোক ! মপূঙ ফানা ওইথোক্লবনি। মী লাখ কয়াসিগী ঈখেংনা নঙ লৈখা তারে লাউথোক্লি। অশোকপা কয়াগী নাহেখোলসে নঙগী লৈখা তাবগী শৈশক্লি। নৌজরিবী কয়াগী হাঙলবা লাইবক, মমা ওইবী কয়াগী হাঙলবা মতম্পাক,অঙাং কয়াগী আশা য়াওদ্রবা মীৎয়েং পূম্নমক অসিনা নঙগী লৈখা তাবগী ৱারী লীরি। কলিঙ্গগী উৎ ওল্লবা খুঙ্গংশিং, মীখোন তাদ্রবা প্রদেশশিং পূম্নমক অসিনা নহাক্কী লৈখা তাবগী শাক্ষীনি। লান ঙম্লবসু নঙদি মায়থীরবনি অশোক। মৃৎচরবসু কলিঙ্গদি অমর ওইদুনা লৈহৌরগদবনি।

অশোক: অশোক্না মায়থীরবা ... কলিঙ্গনা অমর ওইরবা । হা... হা... হা... *(চঙক্লবা, করেম্নবা মীনোক নোকই)*

কুমার : নোকউ ... ঙম্বমখৈ নোকউ । কলিঙ্গদদি অদুগুম্বা মীনোক্তু ফংলরোই । মফমদুগী লম্বী পূম্নমক্তি ঈনা মচু শঙখ্রবনি । সিংহাসনগী মায়কৈ মরীমক অশিবনা মপৈ পৈহৌরবনি । কৈশুমশঙশিংদগী থোক্লকপা ফাদোকশিংগী চৈনাখোল খাঙবগী খোল্লাউদনা মায়কৈ পূম্বা হু চেলহল্লবনি । অশোক! নঙনা জয় তৌবদি কলিঙ্গগী লৈপাক খক্তনি আত্মাবুদি নত্তে। লৈবাক মচেৎ খরা ফংববু নঙনা মায় পাক্লে খল্লি ?

অশোক : নৎত্রবদি করিনো ? আত্মাবু কনানা উই ? হকচাংবু মায়থীবা পীবদুনা অশেংবা জয়নি । শং-শং লৈবসু হকচাংনি । ব্রাহৈগী লাং থাক্তুনা নহাক্কী মায়থীববু মায়পাকপনি হায়বা য়াগদ্রা ?

কুমার : কনানা ঐবু মায়থীবা পীব্রবা ?

রাধাগুপ্ত : ভারত সম্রাট, নিংথৌরেল অশোক্লা ।

কুমার : রাধাগুপ্ত ! লৈবাক ১৬ পু মরু ফুক্তৎতুনা লংশেকপা ঙম্বা নঙগী গুরু চান্যক্যমক্লা মায়থীহনবা ঙম্লক্রুবা, নখোয়গী শাসনবুশু শীংনদুনতা লাক্লবা কলিঙ্গবু কনামত্তনা, কৈদৌনুংদসু মায়থীহনবা ওইথোক্তে । রাধাগুপ্ত! ..... কলিঙ্গ রাজকুমারগী হকচাংদা থব্রায় য়াওরিমখৈদি কনানসু কলিঙ্গবু মাইথীবা পীবা ঙমলোই খঙউ।

অশোক : *(লাউনা)* বন্দী ! নঙ ঐগী ইফমদা নোঞ্জররোই?

কুমার : কলিঙ্গগী রাজকুমারদি কলিঙ্গগী সিংহাসন নত্তনা কনাগী মাঙদসু কোক নোন্দে ।

অশোক : কলিঙ্গগী সিংহাসন্দি উফুল ওনখ্রে । ঐনা কলিঙ্গগী মপুনি। *(রাধাগুপ্তসু ফিঙ্গৎলকই )*

কুমার : কলিঙ্গগী যুবরাজ লৈরিঙৈদা কলিঙ্গ কনাগীসু ওইবা য়ারোই অশোক ।

অশোক : য়াদবগী ৱা থাদোকখো । কলিঙ্গগী রাজ মুকুটনি ঐনা খোঙ্গাওনরিবসি ।

কুমার : খোঙ্গাওনবগী ৱাদি থাপ্না থমখো । মদুবু খানা য়েংবা মী অদুগী মমিং ফাওবা কোখোকই হায়বা খঙু অশোক !

রাধাগুপ্ত : তুমিন্না লৈয়ু বন্দী ! ... নৎত্রবদি ... ।

কুমার : নৎত্রবদি নঙক কক্কনি নৎত্রা ? ঙক ককপা নত্তনা নখোয়না ঙম্বা করি লৈ ? নখোয়দি পাঙ্দবনি । পাঙ্দবশিংনা কৈদৌনুংদসু ,কনাবুসু জয় তৌখিদে।

অশোক : মহামাত্য ! বন্দীদা ৱারেম শুবগী মহুত্তা ইখা পোনবা য়াজৌ তাকপিয়ু । অশোক্তি মথৌনা ফবশিংবু ঙাকপিবা হে।

*(রাধাগুপ্ত ঙাঙগে তৌই অদুবু কুমারনা তাঞ্জা পীদনা ...)*

কুমার : অদুবু থৌনাফবশিংদি কনাদগীসু থৌজাল নিবা হেতে! কলিঙ্গগী রাজকুমারনা হিংন-হিংনা থৌনা ফবা হায়বদুগী মায়দা হান্মুক খক তৈরম্লোই হায়বসি থাজৌ।

*(অশোক লাঙতক্লে )*

অশোক : মহামাত্য ! বন্দীদা হংউ মহাক্কী অরোইবা ফিরেপ মসিরা ?

কুমার : থৌনাফবশিংদি অনীরক খক খন্দে ।

অশোক : অদুদি মহামাত্য ! বন্দীসি পুথোকখ্রো অদুগা চণ্ডগীরিদা হায়য়ু নুমিৎকী অনৌবা মঙাল লাকপদা মাগী মকোক অসি ইখুয়াদা তাহল্লগদবনি।

রাধাগুপ্ত : শুকশোয় শোয়দনা সম্রাটকী য়াথং পাঙ্থোকচগনি দেব !

কুমার : বস ... মদুরা ? মদুরা নঙগী নথৌনা ? মদুরা নঙগী নতীক ? মদুখক্তগী পাঙ্গলনা সম্রাট ওইরিবা নৎত্রা ? বন্দী অমখক্কী মকোক ফাও নোলহনবা ঙমদ্রবা । অশিবশিংগী লুরেন্দি কৈশালশিংনসু মংবুংদা পঙকাও কাওইনা । অদুবু থৌনাফবশিংগী লিচৎতি মদু নত্তে ।

*(অশোক মঙক তিংখৎলক্তুনা কুমারদা য়েংই, য়েংদুনা শুম লৈ)*

রাধাগুপ্ত : য়ারে কুমার, সম্রাটতা পাউতাক পীবগী থৌনা উৎকনু । লাম্মীশা ফাদোকসি পুরো চৎলু ।

কুমার : লাম্মীনা করিগী পুগনি ! ইশানা চৎলবা অসিনি লাউ ... মহামাত্য ! লাকও ।

*(কুমার থৌনা ফনা থোকখি । মনিংদনা রাধাগুপ্ত ইন্নখি। অশোক মীকুপ খরা তৌফম খঙদবগুম তুমিন লেপ্তুনা লৈরবা তুংদা .... )*

অশোক : *(মথন্নতা)* কয়াদা পঙখ্রবা কলিঙ্গগী মীওইশিংনো! করম্মা ঙাঙগনি হায়বফাওবা খঙদবা । পুম্নমক তুমখ্রে অদুবু নাপলদি ময়েং তাখিদ্রি। থৌরীদি চাকখ্রে, কিশিগী মমিদি মৃৎলমদ্রি । শিরমদাই নকশিন-নকশিনলক্লগা মরীন খাবা হেনগৎলি ... থৌনা ফবা হেনগৎলি । *(নোক্তুনা)* অশোকপু ঙম্বা কনানো ? অশোক্কী অশাউবদা খাঙ্গদবা কনানো ? অশোক্কী পাঙ্গল থৌনা খঙদবা কনা লৈ ? অদুবু ... অদুবু নিংথৌমচা অদুগী কয়াদা কিশি থাংখ্রবা ব্রাঙাংনো— লানফা

অমখক্কী মকোক ফাওবা নোলহনবা ঙমদবা; অশিবগী মকোক কাওননবদি মংবুংদসু কৈশাল ময়াম ... নত্তে ... নত্তে । পূম্ন মকসে মহাক্না থাকপা ৱাহৈগী লাংনি । অদুমকপু *(খঙহৌদনা লাঙতক্ননা)* অশোকপশিংগী চৈনাখোন, বন্দীশিংগী মীকপ, ৱারবা প্রজাশিংগী হা হা কার উফ ! ... *(থমোয়দা নমই)* খঙহৌদনা থমোয়দা চৈনা ফাওরিবসি করিগীনো ... ইমিৎসে তুকথরক্লিবা করিগীনো ? *(খোঙফম হাইনা)* ও... তৌরিবসি করিনো.. ঐঙোন্দা ফাওররিবসি করিনো? ঐবু কৌরিবসিনা কনানো? কনানো ঐবু নোক্করিবসে ? কনানো ?

*(সংঘমিত্রা চঙলকই )*

সংঘমিত্রা : সম্রাটনা জয় ওইরসনু ।

অশোক : *(ফিংনা)* কনানো ?

সংঘমিত্রা : ঐ সংঘমিত্রা ।

অশোক : সংঘমিত্রা !

সংঘমিত্র : মানি সম্রাট ! কুমারগী মরাইবক লেপ্পীরবা নৎত্রা ?

অশোক : *(ফিভম হঞ্জিল্লদুনা)* নহাক্না বন্দী অদুগী ৱা ঙাংলিবা করিগীনো? মহাক্না লুহোংলমদবা নহাক্কী য়াইফরবনি। পূকচেল ফত্রবা ঙাক্তনি কলিঙ্গগী মীওই খূদিংমক; পূকচেল শেংদবা ঙাক্তনি । ঙাকপিগে খন্দুনা শেম-শারুবনি অদুবু ইখা পোল্লু হায়বদদি শুকয়ামক য়াদে ।

সংঘমিত্রা : নখা পোন্ননবা মাগী করি লৈহৌরি? মরৈবাক পূম্বা মোংফম ওনখ্রে । লৈহাও চেল্লবা লৌবুকশিং, হরাউ তয়ান্নম্বা প্রজাশিংগী অশিবা হকচাংনা থনখ্রে । লম্বী পূম্বা নোয় পেল্লবা, মমল য়ান্নবা শামুশিংগী অককপা মশানা পূমচাই চাইখ্রে । ঐখোয়না পান্না মখোয়দগী লৈ লৈদুনা শেৎলম-ইল্লম্বা কলিঙ্গগী ফজরবা

ফিজোনশিং মচেৎ মচেৎ শেগাইদুনা নুংশিত্তা পাইবদা মঙাইরে। উফ ! ... কলিঙ্গগী মীয়ামদো লম্বী ফাওবা চল্লমদবনি, অদুবু... অদুবু হৌজিক্তি ... ।

অশোক :- *(য়ৈথৎলদুনা)* নঙ য়েংবা চৎলুরে সংঘমিত্রা?

সংঘমিত্রা : চৎফম থোকপনি সম্রাট । নহাক্কী মতীক মথৌনা ফরবা লান্মীশিংনা মরাল লৈজদ্রবা চমজরবা কলিঙ্গগী প্রজা কয়াবু যুম যুম খূদিংদগী চিংথোক চিংথোক্কুনা হাৎলিবা মীহাৎশিংদু উবদা 'মহানাশ' মক্লা ইকায়না মকোক নোম্থরি।

অশোক :- মসি লান্নি সংঘমিত্রা ... লান্দদি য়েক্লবা হাৎপা তাবনি।

সংঘমিত্রা :- খঙজে সম্রাট ! য়ানিংদবগী ব্রাফম নৎচদে. সম্রাটকী লান্মীশিংগী মতীক মথৌনা লীজবনি ।

অশোক :- অচুম্বনি; মখোয়না তৌরিবদু অচুম্বনি । মদু তৌনবা মখোয়দা য়াথং পীখিবনি ।

সংঘমিত্রা :- য়াথং ঙাক্লবা সম্রাটকী লান্মীশিংনা, পীক্ল পীক্লবা অঙাংশিং, নূপীজাশিং ফাওবা কনামত্তবু ময়ুমদা থম্লমদে। মখোয়বু চিংথোক চিংথোক্লগা ময়ূমশিংদু মৈ থাদোকই। কুমারনা অরানবা তৌরিবা।

অশোক :- অদুদি ঐহাক্না বন্দী অদুগী মঙকশম অদু কক্লবা য়াথং পীখ্রে হায়বসি নহাক খঙই নত্রা ?

সংঘমিত্রা :- খঙবদি নত্তে সম্রাট ব্রাখলনা লাম্বা ফংজবনি । ননাইনা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা সম্রাটপু খঙজরকই। নিংথৌ খুভমসু য়াম্নুং শুসীমগী মকোক্কী মমল ওইনা ফংখিবনি, অতৈ নিংথৌশিংগুম উত্তরাধিকারদা ফংবিরকপা নত্তে। অতাবীদা

ফংবদি দান মখল অমনি । অমুক্কসু থৌনাফবশিংদি দান লৌবা ইকাইনৈ ।

অশোক :- *(হৈনদনা)* সংঘমিত্রা ! খুভমগী ৱাদি হৌজিক্তি খন্নদেনা।

সংঘমিত্রা :- নিংথৌ খুভমদি অরায়বনি সম্রাট । খন্নরিবদি সম্রাটকী পূকচেলগী মরমদনি । কুমারবু শিবগী চৈরাক পীবসিনা নিংথৌ খুভমখক্তগী নত্তনা সম্রাটকী পূকচেলগী ইজ্জৎসু ঙাকপিরবনি সম্রাট ।

অশোক :- পূকচেলগী ইজ্জৎ ! সংঘমিত্রা, অশোক্তি শক্তিদা থাজবা নুপানি । থৌজাল অমসুং মীনুংশি, অশোক্না লৈবাক অসিগী য়েক্লবনি খল্লিবনি । শুসীমদি ইপাগী সনাহাক্তকতসু তক্ষশিলাগী লানহৌ নমথবা ঙমখিদবনি । মাদি পাঙ্গল শোনবা, বৌদ্ধ নীতি থাজবা, মীওইবগী ৱাখল, অদু অদা হায়না কল্পনাদা ঙাওজবা মীশক্নি ।

সংঘমিত্রা :- অচুম্বমক্নি সম্রাট ! য়াম্লুং অহন্দি সম্রাট ওইগদবা মীশক নত্তে । মহাক্না সিংহাসন কারম্লবদি মৌর্য শাগেগী ফিরাল করম্না মায়কৈ থুংনা পাইরমগনি ? লৈবাক অসি করম্না জয় তৌঙমদ্রবা লৈবাক ওইরমগনি ? মালেম ইমানা করম্না মচাশিংগী ঈখেং থকপা ফংলমগনি ? অশোক্না করম্না মীকপ মীরাউখোনগী শৈশক তারমগনি?

অশোক :- নঙ খঙলিবা নৎত্রা ? মীকপ মীরাউখোন্দসু সঙ্গীত য়াওরি।

সংঘমিত্রা :- য়াওই সম্রাট য়াওই । মদু তারগনি মীওইবনা পুন্সীবু কিবা তম্নরিবা ।

অশোক : *(নোক্তুনা)* ৱাহৈগী লৌনম লাং ! ৱাহৈশিং অদুমক্কী লাং ! সংঘমিত্রা ! পুন্সীবু কিরবা মহাক অদুনা করম্না হিংবা ঙমগনি?

সংঘমিত্রা : সম্রাটনা হিংলিবা অদুগুম ?

অশোক : হায়বদি ঐনা হিংলিবা অসিগুম ?

সংঘমিত্রা : মানি সম্রাট ।

অশোক : সংঘমিত্রা নহাকসু বৌদ্ধশিংগা তোৎন-তিন্নরে। অদুনবু মরৌ লৈবা ৱাঙাং ঙাঙ্লিবনি । বন্দী অদুসু অদুগুম্বা ৱাঙাংদুমক ঙাঙলম্মি।

সংঘমিত্রা : বন্দীনা ... করি হায়রম্মিবা সম্রাট ?

অশোক : বন্দী অমখক্কী মকোকফাওবা নোলহনবা ঙমদবা নঙবু করম্বা অকনবনো হায়রম্মি । অশিবগী লুরেন খোঙ্গাওননবদি মংবুংদসু কৈশাল ময়াম কোয়চৎ-চৎলিনা। *(অকংবা মীনোক্না লোয়ননা)* পুম্নমকসি ৱাহৈগী লাং ঙাক্তনি। পাম্বোম পাঙ্গলনা অথোইবনি। থমোয়, আত্মা, নুপী অমসুং বৌদ্ধশিংগী ৱানী।

সংঘমিত্রা : *(নোক্লদুনা)* থাগৎচরি য়াম্নুং ! নুপী ঐখোয়বু ভিক্ষুশিংগা মান্ননা খনবিবগীদমক থাগৎচরি।অদুবু ৱাফম অমতংদি হংজনিংই ।

অশোক : হংউ সংঘমিত্রা হংউ *(স্বর শাংনা হোন্দোকই )* । ঙসিদি ঐহাকসু হংনিংলিবনি ।

সংঘমিত্রা : সম্রাটসু হংবিনিংলিব্রা?

অশোক : উম, হংনিংলিবনি ।

সংঘমিত্রা : অদু ওইরবদি হংবীয়ু। ঐদি মতমচুপ্পদা য়াম্নুংদা য়েৎচদুনতা লৈরবনি। সম্রাটনা হংবীনিংলিবদু তাকপীয়ু।

---

ভিক্ষু : বৌদ্ধ লম্বোইবা

অশোক :- করিশু নত্তে সংঘমিত্রা ! করিশু নত্তে নহাক হংউ ।

সংঘমিত্রা :- *(তকশিল্লদুনা)* য়াম্নুং অশুম হংবীয়ু ।

অশোক :- সংঘমিত্রা ?

সংঘমিত্রা :- য়াম্নুংনা করিগুম্বা খরা হংবীনিংলি। মদু হংবীয়ু সম্রাট।

অশোক :- হংউরা সংঘমিত্রা ?

সংঘমিত্র :- ঐবু করিগুম্বা মওং অমা নৎত্রগা অমদা মতীক চায় খনবিরবদি হংবিয়ু য়াম্নুং ।

অশোক :- নত্তে মদুগী ৱা নত্তে সংঘমিত্রা । ঐনা নহাক্কী নফমদা হংনিংলিবদি, কনাগুম্বা মী অমবু হাৎননবা অতৈ পাম্বৈ লৈরিব্রা হায়বসিনি ।

সংঘমিত্রা :- ননাই ভাব তাবা ঙমজদ্রে সম্রাট। অতৈ পাম্বৈ হায়বিরিবদুগী করি অর্থনো তাকপিগনি য়াম্নুং ।

অশোক :-কনাগুম্বা অমবু হাৎপদা থৱায় থাহন্দনা হাৎপা য়াবা মীহাৎ হায়বনি সংঘমিত্রা।

সংঘমিত্রা :- অদুগুম্বা মীহাৎ ! নত্তে য়াম্নুং ঐদি মদু খঙজদে। খূৎলাই পায়বা কনামত্তনসু অদুগুম্বা মীহাত্তু খঙলরোই য়াম্নুং ।

অশোক :- ফরে খঙদ্রসনু ! অদুবু সংঘমিত্রা ! খূৎলাই পায়বশিং অসি পাঙদবরা ?

সংঘমিত্রা :- নত্তে মদু নত্তে । খঙহৌদনা ঙসি য়াম্নুংনা অদুগুম্বা ৱাহং হংবিরক্লিবসি করিগীনো ?

অশোক :- *(নীক্লা)* খঙদে ... খঙদে *(ফিভম হঞ্জিন্দুনা)* নত্তে নত্তে ঐ করিসু তৌদে । চুম্না করিগুম্বা খরা অসুম নিংশিংলকপনি। করিসু লৈবা ৱা নত্তে । হৌজিক্তি সিংহল বিজয় তৌনবা ঐখোয় থিম্ছদনা খোঙশানবা তাবনি । ৱাফমসি খন্ননিংবনি ।

সংঘমিত্রা : অশেংবরা সম্রাট ... ?

অশোক : মানি অশেংবনি ।

সংঘমিত্রা : ঐসু চৎকনি ।

অশোক : শোয়দনা চৎকদবনি । য়াম্না ফজবা লৈবাক্লি ।

সংঘমিত্রা : হোই ঐখোয়দি ফজববু লাৎচবনি, ফজববু চাথোকপা ... *(নোক্লুনা)* ফরে ঐ রেব্বাবু কৌশিঞ্জরক্কে। সম্রাট য়াম্না চোকথবীরম্লগনি ।

অশোক :- নত্তে নত্তে সংঘমিত্রা ! ঐ ঈশৈ তানিংদে । ঐ কৈদৌনুংদসু ঈশৈ তাররোই ।

সংঘমিত্রা : *(চঙক্লনা)* সম্রাটনা ঈশৈ তারব্রোই হায়বা ? অদুবু মরম ...?

অশোক : করিশু লৈতে সংঘমিত্রা ! করিশু তৌদে ... অদুবু

সংঘমিত্রা : অদুবু করি ... ?

অশোক : রেব্বাগী শৈশক তাবা খূদিং করিগীনো খণ্ডদে সংঘমিত্রা! লানবুংগী দৃশ্য খূদিংমক মীৎমাঙসিদা জগোই শাররি। মহাক্কী শুম্নৎলবা সুরদা, অশোকপা লাম্মী কয়াদুগী নাহেখোলনা নিল্লরি। ইনাকোং অনী অসিদা ফাদোক লীশিং কয়াগী মীকপ মীরাউখোলদমক তারকই। সংঘমিত্রা । (নীঙমদবগুম) সংঘমিত্রা ... লান্দা অশুক য়াম্না শিরিবসিবু করিগীনো? লান তৌরিবনা করিগীনো ?

সংঘমিত্রা : *(থক্কৎনা)* নত্তে নত্তে য়াম্বুং ... ঙসি করি ওইখ্রবনো? য়াম্বুং হকচাং ঙমদ্রে পৃক্লিংসু অব্বাবনা থনম্রে। য়াম্বুং ঈশৈ তাবীগদবনি, ঈশৈ তাবা তঙাই ফদে। ঐ রেব্বাবু হৌজিকমক থাজিঞ্জরক্কে।

*(সংঘমিত্রা থুনা য়াঙনা খোকখি)*

অশোক : *(হান্নগুম য়ানিংদবগী মওংদা)* করিগীনো অশুক য়াম্না শিরিবা ... ? অশুক য়াম্বা ঈখেং করিগীনো সংঘমিত্রা? বন্দী অদুনা হায়খি— ঐনা মালেম ইমাবু নমদুনা মচাশিংগী ঈখেং পিথক্লে। মচাগী ঈখেং । মচাশিংগী ঈখেংবু কনানা থক্ল বগে সংঘমিত্রা ? *(হৌনা)* সংঘমিত্রা !

*(মওক হাইগত্তুনা য়েংই। কনাসু উদ্রবদা)*

অশোক : চৎথ্রে। মহামাত্যনা হায়খি— সংঘমিত্রা নংদি কুমারবু য়াম্না থাগৎপনি। থাগৎপদি ঐনসু থাগৎলি। লম্বা লৈতবা থৌনানি। শাদানঙৈ হাক্তক্তসু মহাক্কী নীংথিজরবা, শোয়নাইদ্রবা লীকাপ-তেনকাপ উখি। ঙসি পুংফমসিদা মহাক্কী চাংদম্লিঙাই লৈত্রবা, খারবা মরিংজেন উরে। তৌগে খল্লবদি খুদক্তা মওক্তু কেলহনবা য়াবনি অদুবু ... অদুবু ...। থৌনা ফবগী মমাঙদদি অশিবা কৌবা মহাকসু মথৌ তৌবা কাউথোকখ্রমাল্লে। মহাক্কী মথৌনা ... অংগদগী মখোঙ্গুম ঐগী অশাউ চৈথেং মাঙমক্তদা লেঙবা কৌবা লৈখিদ্রবা! 'বন্দী অমখক্কী মকোক ফাওবা নোলহনবা ঙমদবা, অককপা লুরেন খোঙ্গাওননবদি মংবুংদসু কৈশাল ময়াম লৈরিনা' হায়না অহোইনদুম তেমশিংনরম্মী। ঐহাক্লা বন্দী অমগী মকোক নোলহনবা ঙমদ্রবা ... বন্দী অমখক্কী। ইঙ্গিৎ অমতদা কোক লাখ লাখনা ইখোঙদা তারিবা, ঐগী পীশূমদা কালমক্লা পাখৎলিবা, ঐগী অশাউবগী মৈরীদা তাইবঙসি উৎ ওলহনবা ঙম্লিবা ঐনা কোক অমখক নোলহনবা ঙমদ্রবা। তশেংনমক ঐবু অসি য়ৌনা পাঙ্গল শোল্লবরা? ঐগী পাঙ্গল অসিবু পাঙদবগী পাঙ্গল্লা? পাঙদবা ! হ্য কৈশালদি পাঙদবনি। কুমারনা ঐবু কৈশাল হায়রম্মি ... অককপা কোক চেনবা কৈশাল। লূকং কাওবা *(খ্বর শাংনা হোনবা)* কৈশাল, উম চুম্মি। ঐদি লূকং কাওবনি ... ঐদি লূকং কাওবনি। ঐনা

মকোক্তুদংদি নোলহনবা ঙমখিদ্রে। সংঘমিত্রানসু হায়রম্মি... থাঙদা পাঙ্গল লৈতে। মহাক্কী ব্রাসি চুম্বা তাই। থাঙদা পাঙ্গল লৈতে অদুনবু অহিংবা মকোক্তু নোলহনবা ঙমদ্রিবনি। মঙক্তু ককথৎলগা লমন খুমগনি..., মকোক্তুদা কাওরগা ... উম... থব্রায় য়াওদ্রবা কোক্তি কৈশালসু কাওই। ঐ কৈশালনি ... ঐ কৈশালনি। ঐনা বন্দী অমখক্কী মকোক নোলহনবা ঙমখিদ্রবনি।

*(রাধাগুপ্ত চঙলকই)*

অশোক: *(ফিংলপ্না)* কনানো ? মহামাত্য !

রাধাগুপ্ত : সম্রাট কী জয়, বৌদ্ধ লম্বোইবা অমা সম্রাটপু উনজনিংদুনা...।

অশোক : *(খোঞ্জেল মেঙনা)* বৌদ্ধ লম্বোইবগী ব্রা থমখো... কুমারনা হায়রম্বদুবু ঐনা বন্দী অমখক্কী মকোক ফাওবা নোলহনবা ঙমদ্রে অসি নত্রা ?

রাধাগুপ্ত : দেব পৃংজা খরগী মনুংদা বন্দীগী মকোক্তু সম্রাটকী খুয়াখাদা তাররগনি।

অশোক : মদুমক্লিনে হায়রম্লিবদো। অশিবগী মকোক খোঙ্গাওনবদি মোংফমদসু কৈশাল কয়া কোয়চৎ চত্তুনা লৈরি। কৈশালদি পাঙদবনি। অদুনবু পাঙদবশিংবু কৈশাল কৌরিবসিনি ।

রাধাগুপ্ত : সম্রাট ! সম্রাটকী পূক্লিং লাঙতক্লবিরে। শৈশকপী কনাসু ঙসিদি লাক্তমাল্লে। রেব্রানা কদাইদা ?

অশোক : মহামাত্য ! সংঘমিত্রানা হায়রম্মি— থৌনাফবশিংনা তাবা ঈশৈদি অশোকপশিংগী নাহেখোল, বন্দীশিংগী মীকপখোলগী শৈশক্লি। অদুবু... অদুবু মহামাত্যা ঐনা নঙোন্দা হংলিবসিনি ঐবু বন্দী অদুগী মকোক নোলহনবা ঙমদ্রবরা ? নোলহনবা ঙমদনা মকোক্তু কেলহনবদা তাররা?

রাধাগুপ্তা : ভারত সম্রাটকী য়াথং হিক্তোল্লবা মকোক্তুদি কেনবা তাবনি সম্রাট।

অশোক : অদু ওইরবসু মহামাত্য ! মহাক্না য়াথংদুদি ইল্লরোই।

রাধাগুপ্ত : য়াথংদুবু ইল্লবদি করিগী দণ্ডী পীগনি সম্রাট ?

অশোক : দণ্ড... দণ্ড ! সংঘমিত্রানা হায়রম্মি— অশেংবা পাঙ্গলদি থাঙশাংদা নত্তে থমোয়দা লৈবনি। হায়য়ু, মহামাত্য! থমোয়গী পাঙ্গল হায়বসিবু নহাক খণ্ড্রা ?

রাধাগুপ্ত : থমোয়গী পাঙ্গলদি খণ্ডজদ্রি দেব ! খণ্ডজরিবদি শাসনগী পাঙ্গলনি .... হোয় .. ঈশৈগী পাঙ্গলগা খণ্জৈ। ঐ হৌজিকমক মদুগী থৌরাং তৌজগে। *(চৎকে তৌবদগী লেপ্তুনা)* ঐদি কাউথোক্লুরে সম্রাট ! থোঙ্গালদা লম্বোইবা অমা ...।

অশোক : লম্বোইবনা ঐগা উনবা লাকইবা, তানফমসিদা ?

রাধাগুপ্তা : সম্রাট ! মহাক কলিঙ্গ কুমারগা ব্বারী শাজনিংবনি।

অশোক : করি মরমগী ?

রাধাগুপ্ত : মা ... কুমারবু ...

অশোক : কুমারবু ইখা পোনবা য়াউ হায়না থেম্লিংলিবা! *(নোক্তুনা)* মহামাত্য ঐহাক্না পাঙথোকপা ঙমদ্রবা, খূৎলাইনসু পাঙথোকপা ঙমদ্রবা অদুগুম্বা থবক্তু লম্বোইবা অমনা ঙমগদবা! মসিনি অব্বাবা। মসিবু করম্বা পাঙ্গলনো ? ঐবু অদু য়ৌনা শোল্লবা ! অদুমক্তদা সম্রাট ওইরিবা ? ... নত্তে, নত্তে মহামাত্য ! বন্দী অদুগী মকোক নোলহনবা ঙম্বা পাঙ্গলদু ঐ পামই। অদুগুম্বা পাঙ্গল অদু ঐ ফংবা ঙমগদ্রা?

*( মহেন্দ্র চঙলকপা)*

মহেন্দ্র : শুকশোই শোয়দনা ফংবা ঙমগনি সম্রাট ! অনীংবা খক্কী ৱাদনি।

অশোক : কনানো ? মহেন্দ্র !

মহেন্দ্র : তাকপীগনি সম্রাট !

অশোক : সম্রাট, সম্রাট, মহেন্দ্র! নংসু ঐবু সম্রাট কৌরগদ্রা?

মহেন্দ্র : ঙসি ফাওবদা কৌজরক্লবা মিঙ্গৌবু খুদক্তা হোংদোক্কদবগী মরম অমত্তা উজদে সম্রাট !

অশোক : চুম্মী মহেন্দ্র চুম্মি। নহাক্না হায়বা অচুম্বনি। অদুবু নঙ খঙদ্রে বন্দী কুমারনা ঐঙোন্দা হায়রম্বা লৈ— তশেংবদি ঐখোয় পূম্ন মক মীচম ঙাক্তনি। ঐসু মীচম, মীচমনি সম্রাটতি কোন্নগীনি।

মহেন্দ্র : *(নোক্লদুনা)* অদুগা সম্রাটনা মাগী ৱাদু লৌবিরবা ?

অশোক : মতমদুদদি লৌখিদে অদুবু হৌজিক্তি কনাগুম্বা অমনা ঐবু অশোক হায়না কৌহন্নিংবগুম ফাওরকই।

মহেন্দ্র: *(রাধাগুপ্তুদা ওনশিন্দুনা)* সম্রাটনা ঙসি তোন্থবগুম উরিবসি মহামাত্য! হায়য়ু করি মরম লৈবনো ?

অশোক : মহামাত্যনা খঙলোই মহেন্দ্র ! ঐগী থমোয়গী খোন্থাংনি... তশেংনা হংবা তারবদি ঐ ইশামকসু খঙদে। বন্দী অদুনা ঐবু করি ওইনা শেন্নম্লবনো খঙদে। থমোয়সে মৈরী থোক্লা চাক্লক্লে। ইশাবু ইদোম তরক তারবা, শোল্লবা জীব অমগুম থমোয়সিদা ফাওরক্লে।

মহেন্দ্র : য়াম্বুং তাকপীরিবদুবু করিনো ?.

অশোক : *(মথুম মরাং হৌনা)* য়াম্বুং ! মহেন্দ্র ! অমুক্তগা কৌখো 'য়াম্বুং' হায়না।

মহেন্দ্র : য়াম্বুং ! *(সম্রাট অশোক মমীৎ উইশিনখি)*

রাধাগুপ্ত : সম্রাট ! লম্বোইবদুদা করম্বা সনা য়াথং ?

অশোক : *(ফিভম খঙহন হনজিন্না)* ও... লম্বোইবা ! মাবু লাকহল্লু অদুবু মহামাত্য মহাক লাক্লিঙৈদা নঙ অমুক্তং হায়য়ু কুমারদা পীখিবা দণ্ডি অদুগী মতাংদা ঐ অমুক্তংগা খনখিবা য়ারোইদ্রা?

রাধাগুপ্তা : পূম্নমক যাদবা লৈতে সম্রাট ! অদুম্নমকতি ওইরবসু ফমথোনগী মগুনসু নীংশিংবীগনি সম্রাট।

অশোক : করি হায়বা ইশাগী ফমগী মগুনসু নিংশিংগদবনি হায়বা? মহামাত্য ! ঐ সম্রাট অশোক্নি, কনামতগী বন্দী নত্তে।

*(উপগুপ্ত চঙলকই)*

উপগুপ্ত : মীওইবনা মশাগীদমক হিংলিবা ফাওবদি বন্দীনি। অপাম্বগী ঙমখৈদি লোইখিবসু য়াই অদুবু 'খৌরাংবা' মহাক্তি অকিবগী মশক্নি মহারাজ! মিরাংদা থুরবা জীবগী মতৌগুম, খৌরাংবগী লাংদা থুরবা জীব অমত্তা হিংবা ঙমদে মহারাজ।

অশোক : ভিক্ষু উপগুপ্ত ... ! অশোক্না ভক্তি কচ্চরি।

উপগুপ্ত : মঙ্গল ওইরসনু। কলিঙ্গ কুমারগা উননিংবনি।

অশোক : মহামাত্যনা হৌজিক্তা হায়রম্লবনি... অদুব কুমারদগীদি ঐনা হেন্না অদোমগা ব্রাতানবা তঙাইফদবগুম ফাওই।

উপগুপ্ত : অদোম্না ঐগা ব্রা তানবগী তঙাইফদবা ?

অশোক : মানি, ভন্তে !

উপগুপ্ত : করি হংবিনিংবনো হংবিয়ু ?

অশোক : ভন্তে ! অমাঙ্ অতা অমত্তা থোকহন্দনা য়েক্লবু মায়থীবা পীবা ঙম্বা অতে পাঙ্গল লৈব্রা ?

উপগুপ্ত : কনাগুম্ববু মায়থীবা পীনিংলিবা পূকচেল অসিমক মীওইবগী খ্বাইদগী চাউবা অশোনবনি মহারাজ !

অশোক : *(মতৌ তমদুনা)* কনাগুম্ববু মায়থীবা পীনিংলিবা পূকচেল অসিমক মীওইবগী খ্বাইদগী চাউবা অশোনবনি... কনাগুম্বা অমবু মায়থীবা পীনিংলিবাপূকচেল অসিমক মীওইবগী খ্বাইদগী চাউবা অশোনবনি !

*(কয়ারক হন্না হায়দুনা লৈ )*

উপগুপ্ত : সম্রাট, অহিং অসি হৌজিল্লক্লে । ঐ ... ।

অশোক : *(খঙহৌদনা)* অহিং অসি হৌজিল্লক্লে ! অশেংবমক্কী অহিং অসি হৌখ্রবরা ? ভন্তে ! কয়াদা নিংথীজরবা নহাক্কী ব্রাঙাঙনো! অহিংনা হৌখ্রবদা অয়ুক ওইরকপনি।

উপগুপ্তা : অদুবু ঙসিগী অয়ুক্তি, কনাগুম্বা অমগী থৱায় থাবগী থমোয় শোক্লবা মপাউ পুদুনা লাক্লগনিদো সম্রাট !

অশোক : হায়রিবদো কলিঙ্গ যুবরাজগী ব্রা নত্তবরা ভন্তে ? মহাক্তি শিব-চংবা অনীমক্তগী তোঙানখ্রবনি। মাবু দণ্ডী পীবা অশোক ঐগী ইতিক নত্তে। মহাক নীং-তম্লবনি।

*(পূম্নমক ইঙক ঙক্লে)*

রাধাগুপ্ত : সম্রাট তাকপীরিবদুবু করিনো... নত্তে নত্তে মদু ওইথোকপা য়ারোই সম্রাট!

অশোক : তাও মহামাত্য ! কলিঙ্গ কুমার মনীং তম্বদা নত্তনা মরৈবাক্কী মপুসু ওইরবনি মহামত্যা ।

রাধাগুপ্তা : সম্রাট ...

মহেন্দ্র : *(ঙক্লা)* য়াম্বুং!

উপগুপ্ত : মহারাজ ঐনা তারিবা অসিবু করিনো ?

অশোক : তাবিরিবা পূম্নমক অদু অচুম্বা ঙাক্তনি। অদুবু করিগী অশুম তৌরিবনো হায়বদুদি ঐ ইশামকসু খঙদে। ঙাইহাক লৈতনা ঐনা কলিঙ্গ কুমারগী ব্রাহ্মশিংদু নিংশিংই। ঙাইহাক লৈর-লৈরগা লানবুঙগী তমথীরবা দৃশ্যশিংদো ইমিৎসিদা উরকই। হৌজিক্তি ঐ মংবুংদা লৈবা কৈশাল ওইদুনা অশিবশিংগী লুরেন খোঙ্গাওনবা পাম্লক্তরে। ঐ মী অমা ওইনা মীওইববু ঙম্বা পাম্মি। ঐসু মীওইবনি হায়না কলিঙ্গ কুমারদা তাক্লিংই। *(ইংথনা হম্থবা স্বরদা)* ঐসু মীওইবনি।

*(রাধাগুপ্ত নত্তনা পূম্নমক ঙকচানরবসু হরাউবা মীয়েংনা অশোক্তা য়েংই)*

মহেন্দ্র : য়াম্বুং মহারাজ ! ঙসিগী থৌদৌ অসিমক মীওইবা খক্তনা ঙম্বা থৌদৌনি। য়াম্বুংগী জয় ওইরসনু। লেঙবীরসি আচার্য! হৌজিক্তি ঐখোয় পূম্বা কৈশুমশঙদা থুনা য়াঙনা চত্তুনা কলিঙ্গ কুমারগী মফমদা নুঙাইরবা পাউ অসি তম্লুরসি।

উপগুপ্ত : চৎলো মহেন্দ্র চৎলসি।

*(মহেন্দ্র উপগুপ্তগা থোকখিবা)*

অশোক : কলিঙ্গ বিজয়দি হৌজিক্তমক তৌরে।

রাধাগুপ্ত : অদুবু সম্রাট ! মসিবু মতীক চাবা থৌওংলা ? মসিনা শাসনগী ইকায়খুম্নবা ঙাকপা ঙম্লগদ্রা ?

অশোক : *(নোক্লদুনা)* রাধাগুপ্ত মীকুপ অসিদদি ঐ নহাক্কা য়েৎনবগী অপাম্বা লৈতে। মতীক চাবা চাদবা ঐ ইশামকসু খঙদে অদুবু রাধাগুপ্তা! মসিমক তৌদ্রবদি ঐ শুকশোয় শোয়দনা অঙাওবা হায়বদু ওইরগদৌবগুম থমোয়সিদা ফাওররি। ঐ দেবী কারুব্রাকীগী লানশঙ পাংলগে। নহাক্লা সংঘমিত্রাবু থেংনরবদি মফমদু তান্না লাক্লনবা খরা খঙহল্লু। *(থোকখি)*

*(রাধাগুপ্ত নুঙাইতবা ব্রাখলগা লোয়ননা অশোক্লা চৎখিবদু ঙাইহাক য়েংদুনা লেপ্লম্লগা খোঙ্লৈ থুনা থোকখি তপ্লা তপ্লা ফিজং হাইজিনখি)*

----------

# অনিশুবা অঙ্ক

*( রাণী কারুব্রাকীগী লানশঙ। লৈমায়দা মমল য়াম্লবা কালীন থারি। যুমথক্কী সিলীংসু নীংথিনা য়েক খোত্তুনা কলাগী মশক উৎলি। নাকল অমদা, চিত্রবত্তা লোইশিন্দ্রিবা লাই অমা লৈ। মনাক্তা লাই য়েকপগী মপোৎ মচৈ ফাল অমগী মথক্তা লৈ। কাচিন অমদা মনম নুংশিবা পোৎ হাপ্লবা পাত্র লৈ। নাকল অমদা নিংথীনা লৈতেংলবা ফমুং মথক্তা য়েৎকী খুৎনা মোনখাংনরগা মকোক ঙাথদুনা রাণী কারুব্রাকী হিপ্লি। শল্লাংগী বেনীনা থবাক্তা তারক্তুনা মতোনগী শরুক কাংথোন্দা য়াম্থুরি। থোঙজিন ময়াদা থাল্লিবা মমল য়াম্লবা থাউমৈগী হাই হুন্নিবা মৈরিগী মৈঙালনা মহাক্কী মাইথোংদা কেকু লোৎপী শান্নরি। ঙৌরোক ঙৌবা কুচুনি। শাংতক তৌবা শংবান্নবা মীৎস্রাশিংনা তাম্না করিগুম্বা অমদা য়েংলিবগুম তৌরি। খুবাক অমসুং খুয়াদা মহেন্দিনা ময়েক কয়া য়েকই। মাগী মাঙদা, থাওমৈগী মনাক্তা, ফিদা অমগী মথক্তা, খুত্তা বীনা পায়দুনা শৈশকপী রেব্রানা ঈশৈ শক্লি। শৈশক্তুদা রাণী পূক্লিং লুপশিনবগুমদি তৌই অদুবু মরক মরক্তা খংপ্রেক খংপ্রেক খংবগুমসু তোই। খোইথুম্নরবা রেব্রাগী শৈশক্লি অদুবু শৈশক্তুনা রানীবু ইপেন পেলহনবা ঙমদবগুম উই)*

**ঈশৈ**

মীৎস্না থম্বালগী কৈশুমশঙদা
তূমদ্রিবা খোইমু করিগীনো ?
তূমদ্রিবা খোইমু করিগীনো ?

চোকথরবী থম্বালগুম
তংখায় উইরবী মীৎস্নানি
নুংশি মনম চূরবা
পূনশীল্লবা শম্মাংনি।
নুঙাই' মঙ্লানগী কুঞ্জদা
বিহাগ শৈশক্কী নোংজুদা
তূমদ্রিবা খোইমু করিগীনো ?

ইতা...
কয়াদা, শুম্হৎপা মতৌনো
থব্বায়না থব্বায়বু কৌরিবা !
মখুয়াদা ঙম্না কৎখ্রবদা
করিবু অমুক নিদুনা
তূমদ্রিবা খোইমু করিগীনো ?

থা থব্বানমিচাকশিং
ঙম্না মমীৎ উইশিনখ্রে
মালেমগী মৈরা মূৎনখ্রে
লৈনারক্কী রঙ্গমহলদা
অনুরাগদা লূপ্তুনা
তূমদ্রিবা খোইমু করিগীনো ?

*(খঙহৌদনা রাণীনা ঈশৈ লোইশিনখিনবা খুদম পীরদুনা)*

কারুব্বাকী : য়ারে, রেব্বা য়ারে। তোক্লসি । রাগ অনুরাগগী ব্বাশিংদো তানিংদ্রে তোক্লসি ।

*(রেব্বা, বীনা খোংবা লেপখি)*

রেব্বা : মহারাণী নুঙাইবিদ্রবরা ? অতোপ্পা নুংশিবা অমা শকচৌ হায়বরা?

কারুব্বাকী : নত্তে রেব্বা হৌজিক তোক্লসি ! নঙনা নুংশিনা শক্লিমখৈ থমোয়দা চৈনা ফাওরক্লে। *(স্বর শাংনা হোন্দোক্কুনা)* খঙদে লানসিবু কৈদৌঙৈ লোইশিনগবা ... ? অশিবা মশীং থীবদা ঐখোয় পূম্নমকসু অশিবগুমখ্রে । অশিবগা চাংদম্নবদা অহিংবগী মশীংদি করিশু নৎখিদ্রে।

রেব্বা: *(মোমোন তৌনা)* মহারাণী ! ননাইনা, 'সংসার অসিদা লাকপা মীওই খূদিংমক বিধাতানা শিবগী চৈরাক পীরগা থারকপনি' তাজৈদো ।

কারুব্বাকী : *(নোক্কুনা)* ও ... অদুরা ! মৃত্যুলোক কৌরিবসিদি অদুননিদনা রেব্বা ! মী অশুক য়াম্না হাত্তুনা বিধাতাগী থবক কোমহনবিবগী ঐ ঙসিদি মহারাজবু থাগৎকনি। *(মীনোক্কু খুদক্তা অব্বাবা ওন্দুনা)* অদুবু ... অদুবুনে রেব্বা ঐদি ...

*( হৌগত্তুনা লেপখৎলি মিৎহুৎথোংগী ব্বাংমদা য়েংই)*

রেব্বা : করি খনবীরবনো মহারাণী ? *(মহাকসু লেপখৎলি)*

কারুব্বাকী : মীওইবনা বিধাতাগী থবকসে তৌফম থোক্তে খল্লি রেব্বা। লান লেপফম থোকই।

রেব্বা: মহারানী কলিঙ্গগী লান ঙসি লোইরে । যুবরাজ বন্দী ওইরবনিনা লানগী মোইবুঙ খোংবিগদবা কলিঙ্গদা কনাসু লৈত্রে। লানচাক খাঙগদবা মীওই পূম্বসু হান্ননা শিখ্রবনি মহারাণী।

কারুব্বাকী : ফরেনে রেব্বা অদুদা কলিঙ্গ বিজয় লোইশ্লবসু লান তোকপগী আশাদি লৈত্রি। সিংহল বিজয় তৌগদবসু লৈরি। কলিঙ্গদগী সিংহল ফাওবগী মরকসিদা নুপা নুপী লাখ কয়া কয়া লৈরবা লৈবাক কয়া অমা লৈরি। পূম্নমক্তু হাৎপা ... উফ । নোংদম্বা মানা সংসার অসিবু অমুক্তদা পুল্লপ লোইশিনবিদ্রিবা অসিবু করিগীনো?

রেৱা : অশেংবনি মহারাণী .... মীনা মীবু হাৎলগা নোংদম্বা মানা করম্বা নুংঙাইবা ফংলিবনো খঙদে ।

কারুৱকী : ঐদি মরক মরক্তা নোংদম্বা হায়বসি শুকলৈ হেক লৈতে খল্লকই।

*( থোঙশঙ্বা চঙলক্কুনা)*

পতিহারী : মহারানীগী জয়।

কারুৱাকী : করিনো হায়য়ু ।

পতিহারী : সম্রাট লেঙলক্কদৌরে মহারাণী ।

কারুৱাকী : ও ... ফরে। *(থোঙশঙ্বা থোকখি)*

কারুৱাকী : সম্রাট লেঙলক্লগনি। রেৱা নহাক মহৌশাগী কা অদুদা ঙাইখো। নঙগী দরকার ওইরকপসু য়ারি। ঙসিদি সম্রাটকী পূক্লিং লাঙতক্লে হায়বগী পাউ তায়। তয়াং তশোইববুদি কুইরবনি। ঙসিদি কলিঙ্গ যুবরাজনা ... খোঙফম কায়হল্লম্মে তাই।

রেৱা : ফগনি দেবী !

*(রেৱা চৎখি। মহারাণী থোংনাউ মনাক্তগী থোংজাউরোমদা লৈথোক্লকই। নাকল অমদগী সম্রাট চঙলকই। য়াম্না হৱাউ তয়াম্বা নত্রবসু অৱাবগী মাইথোংদি নত্তে। খোঙথাং মখোল তাবদা মহারাণী লৈশিল্লক্কুনা মোমোন তৌই)*

কারুৱৱাকী : মহারাজগী জয় ! লেঙশিনবিরকশি । ঙসিদি মতম কায়না ... । মহারাজগী পূক্লিংদি নুঙাইবিরিদনা ?

অশোক : *(নক্না চঙশিল্লক্কুনা)* দেবী! লানফমদদি পূক্লিং নুঙাইবা মহৌশানি। নুঙাইরিব্রা নত্রগা ৱারিব্রা ঐ ইশাসু খঙদে । অদুমকপু ঐনা হৌজিক তৌরুরিবা থবক অসিনা থোইদোক্লা ঐবু নিংজিং মাঙজিংনহল্লে।

*(অশোক ফমুংদা ফম্মি, মহারাণী লেপ্পুনা লৈ)*

কারুৱাকী : মহারাজনা হৌজিক করি তৌবিশ্রবনো, ঐ তাজবা য়াগদ্রা? রেৱানদি হৌজিক্তা কলিঙ্গ যুবরাজ বন্দী ওইরে হায়রম্মি।

অশোক : মদুমক্নি। মহাক্কুগী ৱানি।

কারুৱাকী : মহাকপু ফাবদুদি অমরোমদা ফরবনি। লানদি লোইরেদনা। অদুমক্তদা করি ৱানো মহারাজ ? হৌখিবা নুমিৎ তরানি অসি অশিবনা কয়ানো, অচওবনা কয়ানো হায়বগী মশীংখক্তা তারিঙৈদা পেঞ্জরবনি।

অশোক : নহাকসু দেবী!

কারুৱাকী : পূম্নমকসুনি মহারাজ ! খূৎলাইশিংগী খোঞ্জেল, উপাই লৈত্রবা অশোকপশিংগী তেংথাখোল, চিতাশিংদগী কারকপা অৱাবগী মৈখুগী মপৈ পূম্নমক্কুগী মথক্তা লাউরিবা লানঙম খোঞ্জেল পূম্নমকতু ...

অশোক : করিগী লেপ্লি দেবী! পূম্নমক্কু কৈদৌরবা ... ?

কারুৱাকী : পূম্নমক অদু উরগা কনাগুম্বী মমাগী অমত্তা পোকচবা মচানুপাগী অশিবা হকচাং পুদুনা মৈ থারুনবা মীয়াম হৌদুনা চৎলিবগুম ফাওরকই ... মহারাজ ।

*(ঙাঙ্‌না ঙাঙ্‌না মশা মদোম মিপাইজৈ। মহারাজগী মায়দা তোঙান-তোঙানবা ৱাখল কয়াগী মমি তাই । অমুক মাঙখি)*

অশোক : *(খোঞ্জেল তপ্‌থনা)* মান্নি মদুমক্নি দেবী! মদুমক্কুম ঐগী থমোয়দসু ফাওরিবনি।

কারুৱাকী : *(ঙক্না)* মসিমক সম্রাটকী পূক্নিংদসু ফাওবিবরা ?

অশোক : মান্নি দেবী! মদুমক ফাওরিবনি থমোয়সিদা। যুবরাজনাঐবু কৈশালনি হায়রম্মি। মীকুপ অদুদগীদি দেবী ! অমুক্কসু ঐগী চিংনবসে চেৎনা মরা তাশিল্লবগুম থোকখ্রে।

কারুব্বাকী : *(পাখৎনা)* করি হায়বা স্বামী । অদোম্না তাকপিরিবদুবু করিনো ?

অশোক : (রাণীগী পাখৎপদু উবদা নোক্তুনা) কৈশাল ! মোংফমদা লৈবা অশিবশিংগী অককপা মকোক খোঙ্গাউনবা কৈশাল।

কারুব্বাকী: *(ফিংনা)* মদুমক মহাক্লা হায়রম্বা ? কলিঙ্গ যুবরাজনা ভারত সম্রাটকী মফমদা ব্বাহে অদুমক হায়রবা অদুগসু মহাক হৌজিক ফাওবা হিংলিবা। অদুগুম্বা মকোক্তু অদোম্না হৌজিক ফাওবা ককথৎখিদ্রি মহারাজ ?

অশোক : মঙক কক্লবা য়াথং তাবদগীদুম হায়রম্লিবনি। অসিদসু নত্তে দেবী। "অসিরা নঙগী থৌনা, অসিরা নতীক, মদুগী পাঙ্গলখক্তদা সম্রাট ওইরিব্রা ? লান্‌ফা অমখক্কী মকোক ফাওবা নোলহনবা ঙমদবা ! অশিবগী মকোক চেন্ননবদি মংবুংদসু কৈশাল ময়াম লৈরিনা ... মদুদি অকনবশিংগী লীচৎ নত্তে।" পূম্নমকসি মহাক্লা হায়রম্লিবনি রাণী !

কারুব্বাকী : *(অশোক্কী পাউদম অদুমক মুরুম মুরুম শোন্দুনা)* অথৌবশিংগী লীচৎ *(কনখৎনা)* অদুদগী অদোম্না করি তৌখ্রবা?

অশোক : অদুদগীদি ঐনা মঙোন্দা পীখিবা মৃত্যুদণ্ড অদু হনদোকখ্রবনি।

কারুব্বাকী : *(হেন্না অমুক ঙকচাননা)* করি ... করি .. হায়বিখিবা?

অশোক : শিবগী চৈরাক্তুনা হন্দোক্লগা মরৈবাকসু অমুক পীবিখ্রে।

*(ঙকপনা খম থেংখ্রদুনা রাণীগী মীৎয়েং লাংতক্লে, অশোক্তামুক য়েংই ঙাল্লিবা থাউমৈদা মুক য়েংই। অদুগা মদোম ঙাঙবগুম)*

কারুৱাকী : মৃত্যুদণ্ড লৌথোক্লবা.. মরৈবাক অমুক হনজিনহল্লবা। লৈবাক্তু বু ফংনবা হোৎনবদা মীওইবা লাখ কয়াগী ঈখেং শীন্থহনখ্রবা, নৌজরিবী কয়াগী লাইবক্কী সিন্দুর মুথৎখ্রবা, মমা ওইবী লাখ কয়াগী মতম্পাকপু পূমহাঙ হাঙহনখ্রবা লৈবাক অদুবু ... মদুগীদমক্তা নগর কয়া লম্হাং ওলহনখ্রবা, ফুড়া-দলান কয়া অতেক-অকাই ওইহনখ্রবা, নোংথক অমসুং মালেম তূনা লমজা সরা, খোঙতেক মীত্তাং কয়াগী মীকপ মীরাউখোলতনা নিকহনখ্রবা অদুগুম্বা লৈবাক অদুবু অদোম্না অমুক হন্না পীথোকখ্রবা। অদুক চাউবা অশি-কুম্মৈ পাঙথোক্লগা, হিংচা য়াইতম্বগী লীলা লোইরগা...

অশোক : *(খনফম খঙদনা)*... মান্নি তৌরিবসি মদুমক্কি ... চুম্লিব্রা নৎত্রগা লাল্লিব্রা ঐ খঙদে। লাল্লম্বসু য়াই। অদুবু পূম্নমক অসি করম্না ওইখ্রিবনো খঙদে। ঐ ইশামকসু থাজদে। নহাকসু থাজরমদবা য়াই... অসিগুম্বা ৱাফম খরদি লৈ .. মতীক লৈরবা মাগধ সম্রাটনা ...

কারুৱাকী : নত্তে নত্তে সম্রাট ঐ মদু হায়জদে। ঐ ... ঐদি ইচম চম্না তৌরিবা পূম্বসি করিনো খঙজনিংলুবগী ৱাদনি।

অশোক : *(নোক্তুনা)* করিগী ওইখ্রিবনো হায়বদুদি খঙনিংদবা দেবী! ৱাহং অসিমক্কি... "অশোক নঙনা পূম্নমকসি করিগী তৌরিবনো"... ৱাহং অসিমক্কি ইশানা ইশাদা হংজরিবা।

কারুৱাকী : পূম্নমক অসি করিগী তৌরিবনো তাকপিয়ু সম্রাট !

অশোক : ঐ কলিঙ্গ যুবরাজগী খুত্তা মায়থীবা পামদবদগীনি। ঐনা পাম্লম্বদি মকোক্তু নোলহনবনি দেবী, ককথৎপা নত্তে।

কারুৱাকী : মকোক্তু নোলহনবা পামখিবা ককথৎপদি নত্তবা । স্বামী! হৌখিবা নুমিৎ তরানি অসি ঈখেংগী, মৈরীগী লোন-খক্তনি তাজরক্লিবা ... ঙসি মতৌ করম্না মংবুংদগী বসন্ত বিহাগকী রাগ তারক্লিবনো ননাইনুবীনা খঙজবা ঙমদ্রে মহারাজ।

অশোক : দেবী নহাক্কী করেম্নবা ব্রাঙাঙ অদুসু ঐ খঙই অদুবু প্রিয়ে! ঐদি অহেনবা, অব্রাংবা পাম্বা মীশক্তি। পীহন্নিংবা মমল পীরবসু মায়পাক্লমখত্তুনি ঐনা পাম্লিবা। গান্ধারদগী কেরল ফাওবা,কারমরূপ্তুগী সৌরাষ্ট্র ফাওবা ঙসি ইমিংদা তাবদা থক-থক নিক্লি। ঐনা কলিঙ্গ বিজয় তৌগে লেপখ্রবনি। পাঙ্গল্লবা নন্দ নিংথৌশিংগী শক্তি পূম্বা মচেৎ-মচেৎ, তাহনখিবা, মতীক নৈরবা ইপানিংথৌ অমসুং ইবুধৌগী মাঙদা মরাই লূকউ য়াখিদ্রবা, লৈবাক ১৬কী শাসনবু মরু ফৃক্লা লংথোকপা ঙম্বা মহামন্ত্রী চানক্যগী মবুদ্ধি মরৌশিংমকপু শীংনবা ঙম্বা, অদুগুম্বা কলিঙ্গ দেশ অদুবুনি ঐনা মায়থীবা পীরগা মৌর্য সম্রাজ্যদা তিনশিনবা পাম্লিবা । কলিঙ্গ মায়থীবা পীদ্রিমখৈদি মৌর্য সম্রাজ্য অমত্তা ওইহনবা ওইথোক্কে। ঐনা কলিঙ্গগী মতীক-ময়াই অপুম্বা উফুল ওলহল্লিবসি মরম অসিগীদমক্তনি। মশা পূম্বা মচেৎ-মচেৎ তারবা কলিঙ্গনি অদুবু ... *(স্বর হোন্দোকপা)*

কারুব্বাকী : অদুবু করি ইনিংথৌ ?

অশোক : অদুমকপু ঐগী ওইহনবদি ঙমদ্রে দেবী। কল্লবা মৈরি অমনা থমোয়নুংসিদা চাকখৎলক্তুনা জয়কারগী খোল্লাউ পূম্নমকপু করেম্নদুনা ঐগী ইফমদা তত্তনা হায়রবগুম তৌরি "অশোক নঙনা তৌরিবা পূম্নমক অদুগী লমন্দি ... নোংমদি নহাকসু নমিত্তগী ঈখেংগী পিরাং শীন্থরকখিনি। নশামক্কী আত্মানা নশাবু তুক্কচরকখিগনি" *(খঙহৌদনা)* নত্তে ... নত্তে ঐ ফীভম অসি ওইরকপা পামদে। ঐদি কলিঙ্গবু ঐগী ওইনিংবনি। ঐ কৈশালগুম মংবুংদা অশিবশিংগী লুরেন খোঙ্গাউনবদু পামদে... ঐদি মায়পাকপা, লান ঙম্বা পাম্বনি।

কারুব্বাকী : ইনিংথৌ ... ইনিংথৌগী সনা হকচাং ...

অশোক : ঙল্লিবরা ঙমদ্রিবরা ঐ খঙদে। অদুবু মায়থীবদি ঐ য়ানিংদে। মরম অসিগীদমক্কি ঐনা কুমারবু ঙাকপিখিবা, মরৈবাক হনজিনবিখিবা। মদুখক্তসু নত্তে রাণী ! ঐনা ফিরেপ অমসু লৌরবনি।

কারুৱাকী : করি ফিরেপ ... মহারাজ ?

অশোক : সংঘমিত্রানবু পাল্লবদি যুবরাজবু মপুরোইবা ওইনা খনবদা অয়াবা পীনবা ফিরেপ্নি রাণী।

কারুৱাকী: *(মথুম-মরাং হৌনা, পূক্লিং থুম্মৎনা)* ইনিংথৌ ... ইনিংথৌ শারবা কালেনগী নুংথিলদা নোংপোক মায়কৈদগী হুল্লকপা ইঙেনগী ঈংলবা নুংশিৎ, তমথীরবা নোরোক্তা স্বর্গগী নুংশিরবা মনম। থাজবা ঙমদে দেব! থাজবা ঙমদে।

অশোক : থাজগদবা কুইররোই দেবী। অদুমকপু ঐনা তৌরিবসি অচুম্বা হায়বসিখক্তদি ঐ খঙনিংই দেবী। ঐগী থমোয়নুংদা অশোনবা অমা চঙখ্রব্রা? হৌজিকসু মতম লৈরি। মহেন্দ্রগা ভিক্ষু উপগুপ্তগা কুমারবু লৌবা চৎখিবনি। রাধাগুপ্তনা সংঘমিত্রা থিবা চৎখিবনি। মখোয় লাক্লগনি। মখোয়না লাক্লিঙৈ মমাঙসিদা ইশাগী অশোনবদু খঙদোক্লিংই। *(কনাগুম্বা অমা লাকপগী শউম ফংবদা)* ওহো, মখোয় লাক্লবা ।

কারুৱাকী : কনানো ? *(থোঙশঙবা চঙলক্কুনা)*

থোঙশঙবা : মহারাজগী জয় ! সেনাপতিনা পাউ অমতং থাজরকই মহারাজ ।

অশোক : সেনাপতিনা পাউ থারকপা ? করি পাউনো তম্মু ।

থোঙশঙবা : হৌজিক ঙাইহাক্কী মমাংদা লানবুংদগী সেনাপতিনা ভিক্ষুনী অমা বন্দী ওইনা ফারে।

অশোক : ভিক্ষুনী ? করিগীনো ? মহাক্না করি তৌরম্লবা ?

থোঙশঙবা : দেব ! লান্মীশিংনা উবা মতমদা মহাক লানবুঙদা কোয়না চত্তুনা অশোকপশিংগী তেংবাংলম্মী। লান্মীশিংনা কোয়শিল্লুবদসু মহাক করিসু নাচুংবা তৌদনা নোক্তুনা "ঐবু ফাগে হায়রিব্রা ? ঐদি ইশানা লাকচরবনি। নখোয়গী সম্রাট অদুগা উননিংই" হায়রকপদগী মহারাজ ।

অশোক : মহাক্না অদুমক তশেংনা হায়ব্রা ? মহাক কিদে ?

থোঙশঙবা : কিদে মহারাজ । কিবা হায়বদুনদুম মহাকপু কি মহারাজ। মীৎয়েংদু থাজবনা পীক থল্লি। লান্মীশিংনা চৎলু হায়বদসু ..

অশোক : চৎলু হায়বদা করি হায়রকপা ?

থোঙশঙবা : "নখোয়গা শোয়দনা চৎকনি অদুবু অশোকপশিং অসিগী সেবা লোইরগা চৎকনি। নখোয়না য়াম্না থুরগনা ঐগী মতেং খরা পাংউ" হায়রকই মহারাজ ।

কারুব্রাকী : অদুগী মখা তাবদি ?

থোঙশঙবা : অদুদগীদি সম্রাটকী লান্মীশিংনা মাগী মতেং পাংই।

কারুব্রাকী : করি হায়বা লান্মীশিংনা মতেং পাংই হায়বা ?

অশোক : ঐগী লান্মীশিংনা অশোকপশিংগী সেবা তৌরবা । ও কয়াদা ঙক্লবা ব্রানো ? ভিক্ষুনী অদুদা শক্তি কয়াদা লৈখ্রবা?

কারুব্রাকী : লান্মীশিংগী থমোয়বু খুদুম চনবা হায়বসি তরাই তরাইবা পাঙ্গলদি নত্তে সম্রাট ।

অশোক : তাও থোঙশঙবা ! ঐ মহাক্কা উনবা পাম্মি। নঙ চত্তুনা থুনমক মহাকপু পুরকউ। অদুগা য়েংউ ! মতীক চানা ইকায় খুম্নদুনা পুরক্কদবনি খঙউ ।

থোঙশঙবা : সনা য়াথংনি দেব। *(খুরুম্লম্লগা থোকখি)*

অশোক : করি খল্লি দেবী ? খূৎলাইবু করিমত্তা কিদবী, ওনখত্তুনা মহাক্লদুম খূৎলাই পায়বশিংবু খুদুম চনবী ভিক্ষুনী। কনাবু ওইরমগদবা ?

কারুব্রাকী : ঐদি করিগুম্বা মরৌ অমা লৈরমগদ্রা খল্লি মহারাজ ।

অশোক : মরৌ ? করি মরৌবু লৈরমগনি দেবী !

কারুব্রাকী : অদুনবু সম্রাটকা উননিংবগী অপাম্বা ফোংদোক্লম্বা নৎত্রা?

অশোক : হোয় ... মান্নি মান্নি থোঙশঙবনা হায়রম্বদু মদুমক্লি।

কারুব্রাকী : ভিক্ষুনী অমনবু তাঞ্জা চাদনা লানবুঙদা কোয়চৎ চৎপা তরাইবা ব্রাফম নত্তে। মহাক শোয়দনমক্কী কলিঙ্গগী নিংথৌ শাগৈ অমসুং লৈঙাক শাসনগা মরী লৈনরমগনি।

অশোক : অদু ওইরবদি ?

কারুব্রাকী : অদু ওইরবদি সম্রাট। মহাক্লা পাল্লিবসি লমন খুম্বনি। নুপীনবু লমন খুমগে লেপখ্রবদি সম্রাট! করিমতগী নাচুংবা লৈতে। ঐদি থৌওং অসিদা লৌতুনবা য়াওবা মাল্লি। অদুনা চেকশিনবিগনি সম্রাট।

অশোক : ভিক্ষুনা হায়রম্বদু চুম্মি 'নিংথৌকোনগীদি ব্রাহে য়ামদে— মতীক মগুন, হরাউ-নুংঙাইবা, চিংনবা, লৌতুনবা, লমন-খুম্বা ব্রাহে খরসি নত্তনা মখোয় করিশু খঙদে'।

*(থোঙশঙবা চঙলকই)*

অশোক : করি তৌরে ? ভিক্ষুনী লাক্লবরা ?

থোঙশঙবা : লাক্তে মহারাজ । ভিক্ষুনীদি নত্তে ভিক্ষুনি মহারাজ ।

অশোক : তাল্লকসিদা ভিক্ষু । কলিঙ্গদা ভিক্ষুগা ভিক্ষুনীগা নত্তনা কনামতা লৈহৌদ্রবরা ?

কারুৱাকী : শিবা ঙমহৌদবা পূন্নমক্তু মহারাজ লৈঙাং শেত্তুনা লোইনমক ভিক্ষু ওইখ্রে তাজে।

অশোক : অদুমক তৌরমাল্লে নিংই দেবী। ফরে থোঙঙাকপা, নহাক হায়য়ু ভিক্ষুদুদি করম তৌই?

থোঙশঙবা : হায়নিংঙাই লৈতনা শাউগল্লি মহারাজ ।

অশোক : শাউগনবা ? নহাক্কদি খৎনরক্লব্রা ?

থোঙশঙবা : ঙাকপিগনি মহারাজ । ননাইনা লেপ্পবা হায়জরুবদা খৎনবদি থম্বু থম্বিখো ফৃগদবগী হোৎচিল্লকই মহারাজ!

অশোক : ফৃগদবগী হোৎচিল্লকপা ?

থোঙশঙবা : চেকশিনবিয়ু মহারাজ ! মপাম্থোংদা শাস্তি ওইনা উজবদনি মনুংদদি মৈগী চীঙনি পোকখাইগদৌবগী ড্রুং ড্রুং চাক্লিবা মৈগী চীঙনি।

অশোক : (থোঙশঙবদা) ফরে মাবু থাজিল্লকউ।

থোঙশঙবা : সনা য়াথংনি মহারাজ ।

*(চৎখি)*

অশোক : দেবী, মৈগী চীঙদি ঐগী থমোয়নুংদসু চাক্লিবনি। ভিক্ষু অসিনা করিগুম্বা লম্বী অমা তাকপা ঙম্বসু য়াই, য়েংসি।

কারুৱাকী : মশামক লম্মাঙনরবা মীনবু অতোপ্পদা করম্বা লম্বী তাক্কনি?

অশোক : মশামক্তা ঙমদ্রবসু ঙমদ্রসনু, মহাক্কী মায়থীবা অদুনদি শুকশোয়-শোয়দনা লম্বী অমা তাক্কনি ।

*(ভিক্ষু চঙলকই)*

অশোক : হে ভন্তে ! অশোক্কা ভক্তি কচ্চরি।

ভিক্ষু : ভক্তিগী দরকার লৈতে সম্রাট। দরকার লৈরিবদি চেকশিনবনি। বুদ্ধগী মনাই নুপা-নুপীশিং পুম্নমক লৈঙাং ফিজোলগী মনুংদা খূৎলাই য়েগ্তুনা চৎলিবনি।

অশোক : *(ফিংনা)* করি হায়বা ? নহাক কনানো ? *(মুন্না য়েংলগা)* ওহো ! নঙ ওইরে বন্ধুজীব। খঙলে শাউশিন-শাউশিন্নরদুনা ভিক্ষুশিংবু বদনাম তৌবা চৎলিবা।

কারুৱাকী : হৈমা, নঙদি নশক ফাওবা খঙদ্রেদনা।

ভিক্ষু: দেবী ! বন্ধুজীবগী শক অসিবু কনাগুম্বনা খঙখ্রবদি ... করিদি কান্নরুখিনি ? তোসলীদদি প্রজা লীশিং-লীশিং ভিক্ষু বন্ধুজীবদগী লাইমিং লৌবা লাক্করিবনি।

অশোক : অদুদি মফমসিদা লাক্লিবা করিগীনো ? ঐঙোন্দা দীক্ষা পীননবা লাকপরা ? ঐ অদুক পঙবা মী নত্তে খঙউ। ঐদি মাইপাক্কবনি। চৎলু নঙগী মীশিংদুদা দীক্ষা পীরু।

ভিক্ষু : পীবগী ৱাদি পীজরি অদুদা ঐসু, নমথাক তৌবনিনা মখোয়গী নমথাক্তু খঙলকপদগী সম্রাটকা ৱা-তানগে লাকচবনি।

অশোক : হায়য়ু । করি হায়নিংবনো হায়য়ু।

ভিক্ষু : লমন খুম্নবগীদমক লম্বোইনিংলিবা মীবু খুরুমফম থোকপ্রা নৎত্রগা প্রানদণ্ড পীফম থোকপরা হায়বসি হংজনীংবনি মহারাজ।

অশোক : নঙগী নাক্তা করি প্রমান লৈ?

ভিক্ষু : বন্ধুজীবগী মকোক্লা অতিয়াদা লৈজরবসু মখোঙদি লৈমায়দা লেপচরিবনি সম্রাট!চেকশিনবিয়ু সম্রাট চেকশিনবিয়ু ঙাইহাক্তা মঙাইহরে লম্বোইবী অমা লাক্কদবা।

কারুবাকী : হোই ,হোই, লাকপবুদি লাক্লনি অদুবু, মহাক অদু কনানো?

অশোক : লানবুঙদা অশোকপশিংগী সেবা তৌরম্বী লম্বোইবী অদু নত্তবরা ?

ভিক্ষু : মান্নি মহাক্তুমক্লি । অশোকপগী সেবা তৌবা নত্তে সম্রাটকা উননবা লম্বী থিবনি। ননাইনা মহাক্কী অশেংবা মশক উজরক্লে মহারাজ ।

অশোক : মহাক কনানো ?

ভিক্ষু : চপ চাবা মক্তি খঙবা ঙমজদে সম্রাট অদুবু অৱাংবা শাগৈগী মীওইনি হায়বসিদি, মহাক্কী মশক-মতৌনা শাক্কিনি। ঙরাংখক্তং মীচম নুপী ওইনা উরম্মি। তোসলীগী শিরুম-নারুম্লবা শোম্থরবা প্রজাশিংদা মহাক্ল। লান হৌনবা ইনশিন্দুনা লৈরম্বা থেংনৈ মহারাজ ।

অশোক : অচুম্বরা ? অদুদি করিগী লম্বোইবী ওইরিবা?

ভিক্ষু : সম্রাট য়ৌনা লাকপা য়াননবা ...

কারুবাকী : অদুগা করি তৌগে হায়রিবা ?

ভিক্ষু : দেবী ! বন্ধুজীবগী লৈয়েংনা ৰাহৈদু হায়বা ঙমজদে।

অশোক : ঐগী লৈয়েংদি ঙম্মি। লম্বোইবী অদুনা ঐবু হাৎপা পাল্লিবা নত্রা ?

ভিক্ষু : সম্রাটনা অশেংবা খঙবিরে।

অশোক : *(শাউনা)* সম্রাটতি মতম চুপ্পদা অশেংবদা খঙই। মীহাৎপদগী মশাবু করম কনগনি হায়বসু খঙই।

ভিক্ষু : খঙজে সম্রাট । দরকার লৈরবদি খুদক্তা লান্মী তেঙ্গোল ফংননবা থৌরাংসু তৌজরম্লে সম্রাট ! অদুদি খুরুমজরি ! চৎলগা দীক্ষা পীবা হৌজরুরগে। চণ্ডগিরিগী থবক য়াম্মনখিবা অসিদা ব্রাজবগী ব্রাদনি। *(হৌগৎখি)*

অশোক : *(খুদক্তা)* বন্ধুজীব

ভিক্ষু : সম্রাট !

অশোক : *(খুদক্তা তুমিন লৈখি)*

ভিক্ষু : সনা য়াথং... সম্রাট!

অশোক : *(ফিংলপ্পা)* করিসু নত্তে চৎখ্রো ।

ভিক্ষু : ফগনি সম্রাট (লৈথোকখি)।

অশোক : *(কৌরদুনা)* বন্ধুজীব! দীক্ষা পীবদু ঙসি অহিংসি অমতং লেপ্পা য়াগদ্রা?

ভিক্ষু : সম্রাট ! অহিংদদি লাইমিং লৌনদে।

অশোক : ও! অদু ওইরবদি চৎলো

*(বন্ধুজীব চৎখি, থোঙশঙবা চঙলকই)*

থোঙশঙবা : সম্রাটকী জয় ওইরসনু। লম্বোইবীদু থুংলরে।

অশোক : মাবু চঙহল্লকউ। অদুগা তাও নখোয় পূম্নমক মপান্দা লৈগদবনি।

থোঙশঙবা : ফগনি অজ্ঞা *(খুরুম্নম্নগা থোকখি)*।

কারুৱাকী : সম্রাট হৌজিক্তি লম্বোইবী অদুগী মরৌ খঙবিরম্লগনি। মহাক লৌনম লাংথাক্লিবিনি। লমন খুম্লবা থোক্লকপনি।

অশোক : প্রিয়ে নঙ ঐ লৈরিদনা মহাক্লা লমন করম্না খুম্বগে য়েংখিসি।

*(লম্বোইবী চঙলকই। নাপু মচুগী ফিজোল, মুনরং তৌবা কুচু, শুম্মৎপা মীৎ, কলানা থল্লবা পিশুম, আত্মবিশ্বাসনা থল্লবা শকফম্নি। নিংথীজরবী অমনা নাটক্কী রঙ্গমঞ্চতা লম্বোইবী শাবগী মওংনি। সম্রাটনা মাবু উরগা করিগুম্বা অমা থিবগুম তৌরি অদুবু মশাবু সম্রাটনি নিংশিংলকপগুম খুদক্তা মীৎয়েং লৈথোক্লকই। রাণী কারুৱাকী চঙক্লবগা লোয়নননা লম্বোইবী অদুগী মশা ’পূম্বা য়েংই, মিৎফম হোংবা য়াদে। মীকুপ কয়া হৌখ্রবগী তুংদা সম্রাটনা ফীভম হঞ্জিন্দুনা)*

অশোক : নহাক কনানো হায়য়ু ?

ভিক্ষুনী : সম্রাটনা উবিরিবদুনি-লম্বোইবী অমনি।

অশোক : *(কনখৎনিংনা)* তাঞ্জা অসিদা লানবুংদা লৈরম্লিবনা করিগীনো?

ভিক্ষুনী : মদুসু সম্রাটনা তাবিরম্লবা অদুমক্কি।

অশোক : *(অধিকারগা লোয়ননা)* সম্রাটনা নঙোন্দগী তানিংই। মীৎনা উরিবা খূদিংমক মতম পূম্লমক্তা চুম্মি হায়বা লৈতে।

ভিক্ষুনী : সম্রাটসু অচুম-অরান লেপ্পা ঙম্বিবা ওইরে ? *(নোকফেৎ তৌই)*

কারুৱাকী : ভিক্ষুনী ! সম্রাটতা য়েৎপগী মহুত্তা হংলিবা ৱাহংগী পাউখুম পীয়ু।

---

মতমগী খুয়ৌনবা লৈরবদি রঙ্গমঞ্চতো বন্ধুজীবগী মতাং অসি থাদোক্লম্বসু য়াই।

ভিক্ষুনী : *(হান্নগী মতৌগুম নোক্লদুনা)* ওহো ... সম্রাটপু থৌওইদবা মান্দুনা মহারাণী শাওবিরমাল্লে। মহারাণী ইবেম্মা। ব্রাহংগী পাউখুম পীজনিংদবা নত্তে, চুম্না ঐগী মরমদা অশুক খঙবিনিংলিবদু খক্কী মরম খঙজনিংবনি।

কারুব্রাকী : মরম হায়ববু নঙ য়েক্লবগী মীচংনি,নঙগী পান্দম অমদি লৈফম থোকপনি।

ভিক্ষুনী : *(নোক্তুনা)* পান্দম ! ঐগী পান্দম, য়েক্লবগী পান্দম; নত্তে নত্তে মহারাণীনা লান্না খনবিরে। ঐগী পান্দম হায়ববু ...

অশোক : নঙগী পান্দম করিনো ? অশেংবা হায়য়ু। নঙ লমন খুম্নবা লাকপা নত্রা ?

ভিক্ষুনী : *(থুক্কৎনা)* সম্রাট ! কনাগী লমন ... ?

অশোক : নরৈবাক্কী লমন । কলিঙ্গবু মায়থীবা পীবগী লমন । অদুবু লমন খুম্বা ঙম্লোই হায়বসিমদি নহাক কাউথোকখ্রে নহাক্না ঐবু হাৎপা নতিক নত্তে .. ঐ ... ঐ *(থাঙ শত্তোকই)*

ভিক্ষুনী : সম্রাট ! হাৎপদা হোৎনরিঙৈদা হাৎপা হায়বসি নত্তনা অদোম্না অতৈ অমা খনবা ঙম্বিদ্রে। মঙদা ফাওবা উচি খক্তা মউবা হৌদোংগী মতৌনি সম্রাট।

কারুব্রাকী : লম্বোইবী ! নঙনা ঙাংলিবদু ভারত সম্রাটতনি নিংশিংউ।

ভিক্ষুনী : দেবী ! অচুম্বা হায়নবগীদমকতি করিমতা খন্নিঙাই লৈতে। *(সম্রাটতা ওনশিন্দুনা)* ঐনা হায়জখিবদুনি। ঐ লাকপগী পান্দমদি কলিঙ্গ দেশকী প্রজাশিংগী পাউজেল, সম্রাটকী মফমদা তমজবনি।

অশোক : কলিঙ্গ প্রজাশিংগী পাউজেল ! কলিঙ্গদা হৌজিকসু পাউজেল পীননবা মী হিংহৌরিব্রা ?

লম্বোইবী : করিগী হিংদনি সম্রাট। নুপী ময়ামদু হিংহৌরি। লাইবক্কী সিন্দুর পূম্বা ইখেং ওইনা লৈমায়দা শীন্থখ্রবী, মখোয়গী পীবুক নুংগী মণি কয়া লঙ্জা, কৈশালগী মচীঞ্জাক ওইখ্রবী, নুপী ময়াম অমা হৌজিকসু হিংহৌরি সম্রাট। অসিদসু নত্তে সম্রাট ! মমীৎ পাঙনা-পাঙনা উবা ফংদ্রবা, হকচাংদি হিংহৌরগা থব্রায়দি য়াওদ্রবা, নাকোংদি পাল্লগা তাবদি ফংদ্রবা অহল কয়-কয়াসু মীকুপ মীকুপ খূদিংগী মথ্বায়গী দান তৌদুনা কলিঙ্গদা হিংহৌরি ।

অশোক : ভিক্ষুনী... ভিক্ষুনী ... তোক্লো নহাক্কী ব্রাহৈগী লাংদু থাক্লগনু ... ।

ভিক্ষুনী : *(সম্রাটনা হায়রিবদু তাদনা, নমহত্তুনা)* সম্রাট ! মহানাশকী, হিংচা-য়াইতম্বগী ইঙাং থক্তুনা তপ্ল-তপ্লা মপূঙ-মরৈ ফাগৎচরক্লিবা অঙাং কয়া অমসু কলিঙ্গদা লৈহৌরি। মকু, শেকপী কয়ানা মখোয়গী মনুংদা লৈদুনা অহিং-নুংখিল নাইদনা নহাক্কী নগুন শক্লি বা অতেক-অকাই ওইহৌরবা ফূড়া-দলান কয়া-কয়া সম্রাট! কলিঙ্গদা লৈহৌরি। মখোয় পূম্নমক অদুনা ঐগী ইফমদা পাউজেল্লকই— "চৎলু মাগধ লৈবাক্কী অত্যাচারী নিংথৌ অশোক্তা তম্লুচো, শিবা হায়বা মহাক্তি সংসারগী শোয়ফদ্রবা নিয়ম্নি, শিহন্ননবগীদমক্তা মহাক্লা অদুক ব্রানা থৌরাংলিবা করিগীনো ? মদুগী শরুক খরদং, তরা থোকপগী অমতং হিংহন্নবা থবক্তা শীজিন্নরম্লবদি সংসার অসিনা নোংদম্বা মহাকপুসু কাউথোক্লমগনিদকো।"

অশোক : (ইঙক-ঙক্লা) ভিক্ষুনী ... ভিক্ষুনী !

ভিক্ষুনী : ঐদি মসিদং তমজনিংবনি, মসিখক হায়জগে লাকচবনি।

অশোক : *(ইতাউ-তাউনা)* নহাক মসিদং হায়বা লাকপা, লমন খুম্বা লাকপা নত্তবা ? নত্তে নহাক মীনম্বনি, শোয়দনমক্কী নহাক লমন-খুম্বা লাকপনি।

ভিক্ষুনী : ঐনা লমন-খুম্বা লাকইবা ! কনাগী করি লমন ? করম্বা লমন? সম্রাট ! নহাক্লা কলিঙ্গ প্রজাশিংবু মাঙ-তাকহল্লে খনবা তারবদি ... মদু নহাক্কী অকাউবনি। নহাক্লা মাঙ তাকহনবদি মখোয়বু নত্তে নহাক নশামকপুনি। মায়থীরিবসু মখোয় নত্তে নহাক্লি। মায়থীরবসু কলিঙ্গদি মায়পাক্লবনি। লানঙম্লবসু নহাক্তি মায়থীরবনি।

অশোক : লানঙম্লবসু ঐহাক মায়থীরবা ...?

ভিক্ষুনী : মানি সম্রাট ! নহাক্তি লানঙম্লবসু মায়থীরবনি। নহাক্লা পৃথীবু মাঙ তাকহল্লে। পৃথীবু মাঙহনবা মহাক্তুদি মতম চূপ্পদা মায়থীবনি।

কারুবাকী : ভিক্ষুনী! নহাক্কী ফিজোল লৈঙাংনি, অদুবু নবাহৈদি মৈরিনি।

ভিক্ষুনী : মহারাণী ! লৈঙাং ফিজোলগী অর্থদি থবক তৌদবা হায়বা নত্তে। থবক্তদি মতম চূপ্পদা মৈরি য়াওবা তাবনি। মৈদি পৃথীগী খুদম্নি। মঙালসু পী, চাকসু চাকথেকই। কনাগুম্বনা মশামকপু চাকথেকহল্লি; কনাগুম্বনা মশাগী অশোনবশিংবু চাকথেকহল্লি। মসিনা বাফম অমনি ।

কারুবাকী : ভিক্ষুনী ! মৈনা পৃথীগী খুদম ওইবদি য়াই অদুবু বাহৈগী লাংনা অচুম্বগী খুদম্নি হায়বদি খক য়ারোই।

ভিক্ষুনী : খঙই মহারাণী খঙই। ঝাঙাং হৈবনা পঙ্গুং য়ৌদে; থবক হৈবনা য়ৌই হায়বদু খঙই। অদুবু বন্দী ওইরবী অমগী থবক তৌনবা নিংতম্বদু কদাইনো ?

অশোক : নহাক বন্দীরা ?

ভিক্ষুনী : ঐনা মফম অসিদা লৈরিবসিনা তাকপনি।

কারুবাকী : *(শাউনা)* অদুদি বন্দীদা করি লীচৎ চৎলি হায়বদু নহাক খঙলিগনি।

ভিক্ষুনী : করিগী খঙদনি। মাগধ লৈবাক্তদি বন্দীশিংগী মঙক ককথৎলি। *(অশোক্তা)* থাংশাং পায়খৎপিয়ু সম্রাট ! পায়খৎপিয়ু ঐ শেম শারবনি। (থুনা য়াঙনা চঙশিল্লক্তুনা সম্রাটকী মাঙদা খুকউ-খুদক কুপ্লি)

কারুবাকী : ভিক্ষুনী ... !

অশোক: *(পাখৎনা)* ভিক্ষুনী ... ভিক্ষুনী। নহাক্লা তৌরিবসি করিনো?

ভিক্ষুনী : অচুম্বা অদুনি।

অশোক : অচুম্বা অদুনি হায়বা ? নুপীগী মঙক ককপবু অচুম্বনি হায়বা। নুপী হাৎপবু অচুম্বা ? ঐবু নুপী হাৎপা মীশক্লা ? .. নুপীদা খুৎ থাবা ঙম্বা মীশক্তু ঐদি নত্তে।

ভিক্ষুনী : মাগধগী সম্রাটতি তমথীবদা নত্তনা তাৎসু তৌই হায়বসিদি ঐদি খঙবা লৈখিদ্রি। হৌজিকখক্তা থাঙ্ শৎলম্বদুনা নুপী হাৎপগী ঝাফমখক পনবদা থোৎলবা? সম্রাটকী থমোয় শোকপ্রবোই ... *(পূক্লিং শুমহৎনা)* ঐনা হংলিবসিনি—কলিঙ্গগী লানফমদা অশি-অনা নংপ্রবা মরাইবক থীরবা লাম্মী লাখ কয়াদুগী মমা, মচল, মচে, মমৌ, মচানুপী .. অমত্তা লৈতবরা? মমা, মচে-মচন, মমৌ মখোয় পূম্নমক্তু নুপী ঙাক নত্তবরা ?

কারুবাকী : বাফম অদু অমুক্কসু । অমুক্কসু বাহৈগী লাং ?

ভিক্ষুনী : মহারাণী ইবেম্মা ! হন্না হন্না বাহৈগী লাং, বাহৈগী লাং হায়দুনসু অচুম্ববু খক অরানবা তাহনবদি য়ারোই। ঐদি কলিঙ্গগী শোক্লবা থবায়গী মীহুৎনি। ঐগী ইফমদগীদি নহাক্কা বীণাগী নুংশিবা সুরগী আশা তৌবা য়ারোই। নহাক্তি নুপী ওইবীনি। লাউ, ঐগা লোয়ননা চৎসি লাউ, কলিঙ্গগী নুপী কয়া-কয়ানা হিংনা হিংনা শিরিবা, থবায় য়াওদবগুম তারিবা খুঙ্গং, সহর কয়াদু অমুক্তং য়েংমিন্নরুসি। *(ওনশিল্লক্লুনা)* সম্রাট, মখোয়গী মগুকশিংদু ককথৎপিদুনা নহাক্কা মখোয়গী অবাবদু কোকহনবিবনা ফরোইদ্রা? মফম অদুদি নহাক্কা ঈঙাঙ্ পাক্কেনহনগ্রবনি; ঈখেং খরখক্তংগা শীম্বহনবীদুনা ঈগী যজ্ঞসে মপুং ফাহনবিয়ু। ঙসি ফাওবদা নহাক্কা হাৎপগী থবক্তনি তৌরক্লিবা! ... হৌজিক্ক তৌগদবা অসিদি হাৎপা নত্তে অবাবদগী কনবীবনি, মীনুংশিগী থবক্লি।

অশোক : *(থক-থক নীক্লুনা)* ভিক্ষুনী ... ভিক্ষুনী তোকও ... তোকও ... *(খণ্ডহৌদনা মকোক পায়দুনা ফমথখি রাণী চেনশিল্লকই)*

কারুবাকী : মহারাজ ! মহারাজ ! করি মতৌনো ? হকচাং ঙম্বীদ্রবরা?

অশোক : *(ফীভম হনজিন্দুনা)* করিসু নত্তে দেবী করিসু নত্তে। হকচাং করিসু তৌদে। বাঙাং অসিমক ঐনা মমাঙদসু তাখিবগুম তৌই দেবী। কলিঙ্গ যুবরাজনসু অশুম্না শুমক হায়রম্বগুম তৌই।

ভিক্ষুনী : কলিঙ্গ যুবরাজনা কনা, মীচম নুপী অমনা কনা, ঙসিদি পূম্ন মক্কী লোন অমখক্তনি; ভাব অমত্তনি, খোংথাং অমত্তনি বাখল অমত্তনি। পূম্নমক্কী স্বর অমত্তনি। নহাক্কা ঙম্বদি মীওইববু নত্তে অশিবশিংবুনি; শহরশিং নত্তে, অতেক-অকাইশিংনি। নহাক্তি মংবুঙগী সম্রাটনি।

অশোক : মসিমক্কি মহাক্কা হায়রম্বসু মসিমক্কি। ঐদি অহিংবশিংগী নত্তে অশিবশিংগী সম্রাটনি, শহরগী নত্তে অতেক-অকাইগী ...। ভিক্ষুনী ! নঙগী ৱাহৈ অচুম্বনি। ঐনা মী কয়া হাৎখ্রে; নগর কয়া থুগাইখ্রে। অদুবু ... নগরশিং অতেক -অকায় ওলহনবা ঙম্বদুনা অতেক-অকায়শিংবু শহর ওইনা শেমগৎপদি ঙম্নরোইদ্রা ?

ভিক্ষুনী : ঙম্লোই ... মদু কৈদৌনুংদসু ঙম্লোই ।

অশোক : ঙম্লোইদৌবগী মরমদি ?

ভিক্ষুনী : মরমদি মাইথীরবশিংগী থমোয়দি লমন-খুম্নিংবগী মৈনা ওমচাক্লে। লমন-খুম্নিংবগী মৈরী চুখৎলিবা মহাক অদুদি মায় পাক্লবসু মায়থীরবা মীওইনি। মীহাৎ মীপুন তৌদুনা, মরৈবাক্তগী তাম্থোক্তুনা মীওইববু ঙম্বদি ঙমদবগা অমহানি।

অশোক : মীহাৎ -মীপুন তৌদুনা, মরৈবাক্তগী তাম্থোক্তুনা ঙম্বদি, ঙমদবগা অমহানি ... ? *(কনখৎনা)* ভিক্ষুনী নহাক কলিঙ্গগী ইচম চম্বী নুপী অমা নত্তে। শোয়দনমক্কী নহাক ৱাখল লৈবা মপা অমগী মচানি। নঙ তাকউ ... ঐঙোন্দা তাকউ লান ঙম্নবা লম্বী অতে লৈব্রা ?

কারুৱাকী : সম্রাট! হকচাংদু য়াম্না চোকথবিরে হৌজিক্তি পোত্থাবিবনা ফরনি। হয়েং অয়ুক্তা লম্বোইবী অসিগা ৱারী শাবিবা য়াই। ঐনা হায়জরিবা অসিনী য়াম্না ইকায়খুম্ননা মাবু ইনাক্তা থমজগে।

অশোক : দেবী ! নহাক কিরমাল্লে। অশোকতি মসিখক্কা শোম্থগদবা নত্তে, লম্বোইবী অসিগী ৱাহৈ খুদিংমক্কা শোক্লবা ঐগী থমোয়সিদা অমৃত্তগী ঈরিক শীক্লিবনি। *(ওনশিল্লক্তুনা)* হায়য়ু দেবী হায়য়ু মায়-পাক্লবগী, লান ঙম্নবগী লম্বী অতে নহাক খঙব্রা?

ভিক্ষুনী : সম্রাট! ঐগী ইফমদা হংবিরিবা ?

অশোক : মান্নি নহাক্কী নফমদনি, নহাক্কী চিংনবা লৈব্রা ?

ভিক্ষুনী : লৈ সম্রাট, লৈ।

অশোক : করি?

ভিক্ষুনী : ঐ মহারাজগী য়েক্লবা কাওবুগী মীনি।

অশোক : নত্তে নত্তে দেবী ! হৌজিক্তি ঐগী য়েক্লবা কনাসু লৈত্রে। ঐনা যুবরাজবুসু ঙাকপিখ্রবনি।

ভিক্ষুনী : যুবরাজবু ... ?

অশোক : মান্নি দেবী ! কলিঙ্গ যুবরাজবু ঐনা ঙাকপিখ্রবনি। মরৈবাকসু মশামক্তা হনজিনহনখ্রবনি। মহাক্কী মপা নিংথৌ অমসুং মরী-মতা অতৈ লানফমদা হাৎখিবগীদমক থমোয়সিদা নীঙমদবা পোকই। মচন অমতং হিংহৌরি তাই অদুবু কদাইদা করম লৈখ্রবনো হৌজিক ফাওবা খঙবা ঙমদ্রি। অদুবু ... অদুবু অঙকপনি নহাক্কী খোঞ্জেলগা যুবরাজগী খোঞ্জেলগা মান্নে। ৱাখলসু মান্নে। শকফমসু খরা ... খরা ...

ভিক্ষুনী : *(থুনা)* তান চাবা হায়বদুনি সম্রাট। কদাইদগী কলিঙ্গ যুবরাজগা মহাক্কী মীচম প্রজা অমগী মচানুপীগবু ...

অশোক : মদুনিনে অমুক্কসু চাউথোকচনিংঙাই ওইরিবা ভিক্ষুনী! কলিঙ্গ মচা পুম্নমক অশুক্কী মতীক অকিবা হায়বদু খঙদে। অকিবদি মীওইবগী খ্বাইদগী চাউবা য়েক্লবনি। অকিববু জয় তৌরবা মহাক অদু অথোইবনি। নহাক অথোইবনি যুবরাজসু অথোইবনি। ঐসু অথোইবা ওইনিংই। নখোয় পুম্নমক্কা মরূপ ওইনিংই। মরম অসিদগীনি দেবী ! রাজকুমারবু ঐনা ঙাকপিখিবা ।

ভিক্ষুনী : পূন্নমক অদু ফরে সম্রাট ! অদুবু ...

অশোক : অদুবু ! অদুবু করি ?

ভিক্ষুনী : অদুবু সম্রাট ঃ যুবরাজদি নহাক্কী থৌজাল লৌরোই।

অশোক : করি ! যুবরাজনা ঐগী থৌজাল লৌরোই হায়বা ?

ভিক্ষুনী : লৌরোই।

অশোক : লৌরোই ! ভিক্ষুনী, অশেংবমক নহাক মরৌ লৈবিনি। নহাক কনানো ? যুবরাজনা ঐগী থৌজাল লৌরোই হায়বা নহাক মতৌ করম্না খঙই ? লৌরোইদ্রিবা করিগীনো ?

ভিক্ষুনী : মরম হায়ববু মহাক্তি থৌনা ফবনি। থৌনা ফবশিংদি মীগী ঙাকপিবা লৌদে।

অশোক : *(থক্কৎলপ তৌনা)* থৌনাফবশিংদি মীনা ঙাকপিবা লৌদে ... মসিমক্লী, মসিমক্লী মহাক্না হায়রম্বদুসু মসিমক্লী।

ভিক্ষুনী : অচুম্বমক্নি সম্রাট ! যুবরাজনা হায়রম্নিবদুমক অচুম্বনি। মসিমসু খঙবিয়ু সম্রাট ! যুবরাজদি মহাক্না হায়রম্নিবা অদুদগী খোঙফম অমা হোৎলরোই ... মহারাজনা হাপ্পিবা থব্বায়গী ভিক্ষা মহাক্না কৈদৌনুংদসু লৌররোই।

অশোক : সম্রাট অশোক্না পীবা থব্বায়গী ভিক্ষা লৌররোই।

ভিক্ষুনী : মদুমক্নি সম্রাট । কৈদৌনুংদা লৌররোই।

অশোক : *(শাউগত্তুনা)* করম্না লৌরোই। মঙোন্দা পীখিবা শিবগী চৈরাক, ঐ ইশামক্না লৌথোকপ্রবনি। মহাক ঐগী বন্দীনি। ঐগী য়াথং য়াওদনা মহাক্কী শম্না মফৈ অমা শোক্কদবা কনানো? ঐ সম্রাট অশোক্নি ।

ভিক্ষুনী : *(নোক্তুনা)* সম্রাটসু সম্রাট নয়াথংগীদমক চাউথোকপিরি ... অদুবু যুবরাজদি য়াথংদুগী ঙমখৈদগী হায়নিংঙাই লৈতনা তামখ্রবনি।

অশোক : *(শাউনা)* অদুক থাজবা ! য়েংসি মহাকপু কনানা হাংপনো?

ভিক্ষুনী : মশামক্কী মথৌদাংনা ... সম্রাট ! কলিঙ্গগী ঈগী যজ্ঞ হৌজিক মপুং ফাদ্রি। হৌজিক্তি অহিং অসিসু মমশিল্লকখিগদবা ৱাংলি ... থমোয় খরগসু কায়খিগদবা ৱাংহৌরি ... নহাকসু নশাগী মায়থীবা উখিগদবা ৱাংলি ... যুবরাজগী বলিদান কংকদবা ৱাংহৌরি ... ।

*(... তুংগী ৱা ময়ামসি তাবদা অশোক অমসুং মহারাণী পাখংলি। মহারাণী চঙশিল্লক্তুনা)*

কারুৱাকী : শেংনা খুম্মু ভিক্ষুনী । নহাক কনানো ? হৌজিক্তি নমথাক তৌবা অমুক য়াররোই। নহাক মীচম অমগী মচা নিঙোলদি নত্তে। ঙসি লম্বোইবী, ভিক্ষুনী অমা ওইজরবসু ঙরাংদি ... ঙরাংদি ...?

ভিক্ষুনী : *(খুদক্তা)* অচুম্বমক্কি, ঙরাংদি ঐ, লম্বোইবী ওইরমদে চুম্মি।

অশোক : ঙরাং ফাওবদি নহাক লম্বোইরমদে ? *(মতোম্মতা শোনজবা)* ঙরাং ফাওবদি নহাক লম্বোইবী ওইরমদবা *(লাউনা)* ... অদুদি অদুদি ঐগী চিংনবা অসি অচুম্বা ওইরবা। নহাক কলিঙ্গগী রাজকুমারীনি।

ভিক্ষুনী : অচুম্বনি সম্রাট। সম্রাটকী চিংনবা অদুমক অচুম্বনি। ঐ কলিঙ্গগী রাজকুমারীনি।

অশোক : কলিঙ্গগী রাজকুমারী । যুবরাজগী মচন..।

কারুবাকী : কলিঙ্গ নিংথৌগী মমোম্না ফিজোন অসিদা *(চেনশিন্দুনা কোম্লি)* রাজকুমারী ...

অশোক : ও.. রাজকুমারী .. রাজকুমারী *(মখূৎ অনীনা মমায় খুমজিন্দুনা ঙাইহাক লৈরবা তুংদা)* রাজকুমারী! .. নপা হাৎপা মীশক্তু ঐনি। নরৈবাক অপূম্বা তৃমহনখিবদো ঐ ইশামক্লনি।

ভিক্ষুনী : *( চিং লেম্বা ৱাঙাঙদা)* অচুম্বনি সম্রাট, ইপাবু হাৎখিবা নঙননি, ইরৈবাক মাঙহনবসু নহাক্লনি। ঐসু নঙবু হাৎকে লেপ্তুনা ইরৈবাক ইয়ূমদগী থোক্লকখিবনি। নহাকপু মাঙহন্নবা ঐসু খূৎলাই পায়রুরবনি ... অদুবু ... ।

কারুবাকী : নঙসু মী হাৎকে থৌরাংলুরবা ? মী হাৎননবা ...

অশোক : ঐবু হাৎকে খন্দুনা নহাক লাকখিবনি .. হায়য়ু অদুদগী করি তৌরবা ? ... করিগী ৱাখলদু থাদোকখিবনো হায়য়ু ?

ভিক্ষুনী : থাদোকপদা তাখি ।

অশোক : থাদোকপা তাখিবা করিগীনো ... ?

ভিক্ষুগী : *(তপথবা ৱাঙাঙদা)* সম্রাট ! ঐনা ভিক্ষুরাজ (গুরু)দগী লাইমিং লৌজরবা মতম, ... তথাগতকী শেংলবা মিংখৈবু শোঞ্জরুবদগীদি ...

কারুবাকী : *(ঙক্লা)* অদুদগী ... ?

অশোক : *(মম্লনা শুমহৎলবগুম)* হায়য়ু রাজকুমারী ! হায়য়ু অদুদগী .. অদুদগী করি তৌখ্রবা ... ?

ভিক্ষুনী : অদুদগীদি ঐগী থমোয়দা চেৎনা লৈরম্বা অমোৎপা পূম্বা ... কোকপ্লবগুম তৌরকখি, খুৎলাইনা লমন শিংবসু পামলত্তবা হৌরকখি। ভিক্ষুরাজগী মফমদা ব্বারী 'পূম্বা লীথোক্তুনা হংজখি। 'খুৎলাই পায়দুনা লমন খুম্বা নত্তনা লমন খুম্নবা লম্বী অতে লৈত্রব্রা'।

অশোক : করি খুম্মি মহাক্লা ? ... বৌদ্ধগী লম্বীদদি লমন খুম্বগী ব্বাখল থাদোকপদুমক লম্মন খুম্বনি নত্রা ?

ভিক্ষুনী : ও .. মান্নি সম্রাট মদুমক মহাক্কী পাউখুম্নি। মহাক্লা তাকপিবসু ... মদুমক্নি।

*(রাধাগুপ্তা চঙলকপা)*

রাধাগুপ্ত : সম্রাটকী জয় ! রাজকুমারী সংঘমিত্রা ঙসাইদগী কুমারগী নাত্তা .... । রাজকুমার মহেন্দ্রগা ভিক্ষু উপগুপ্তগসু থুংলম্লগনি নীংজে। সম্রাট সনাখোঙলেংবীবা ...

অশোক : উম হৌজিমক চৎলগদবনি। য়েংউ মহামাত্য ! লেপ্লিবসি কলিঙ্গগী রাজকুমারীনি। ঐবু, সম্রাট অশোকপু হাৎননবগীদমক্তা মহাক লম্বোইরবীনি। মহাক্কী থবকসু মায় পাক্লবনি।

রাধাগুপ্ত : *(ঙক্লা)* করি !... করি *(থাঙ শত্তুনা)* সম্রাটপু হাৎপা পাম্বা কনানো ?

অশোক : *(নোক্লগা)* কনাসু লৈতে, কনাসু লৈতে মহামাত্য! বিষ্ণুগুপ্ত চানক্যগী শিষ্যনা অদুম তৌবা পকচদে। রাজকুমারীদি মী হাৎপগী অনৌবা পাম্বে অমা খঙলবীনি। হাৎসু হাৎপা থব্বায়সু থাহন্দবা ঙম্বা পাম্বেনি। নহাক্লদি থাজরমদবা য়াই অদুবু

থাজরকখিগনি। হৌজিক্তি ঐখোয় চৎলগদবনি। রাজকুমারী ! লাউ ! কারুবাকী ! নহাকসু লাউ নোং অসি ঙাল্লকদৌরে। কৈশুমশঙদা অনৌবা অয়ুক অমা লাক্লসনু।

*(সম্রাট থুনা য়াঙনা থোকখি। মহারাণীগা লোয়ননা রাজকুমারীসু চীং লেম্না থোকখি। রাধাগুপ্ত, তৌফম খঙদনা ঙাইহাক লৈহৌই)*

রাধাগুপ্ত : করিনো তৌরিবা মতৌ অসিবু। অঙকপগী অঙকপা ঙাক্ত ... থাজদবা ঙাক্তা ।

*( ফিজং হাইথখি)*

# অষ্টমশুবা তাঙ্কক

*(রঙ্গমঞ্চদা শুক্ল-মল্লবা অহিং। ঙাইহাক লৈর-লৈরগা সন্ত্রীশিংগী "চেকশিল্লু" হায়বা খোল্লাউ। নপশিন্দুনা থানবা মাল্লবা পীক্লবা থাউমৈ অমগী মুশি মুশিবা মঙাল। ঙাইহাক্কী তুংদা মমি অমা তারকপা উই। ব্রাখলদা লূপ্তুনা, নূংপাক অমগী মথক্তা ফম্লিবা নহা অমগী মমিনি। মহাক্কী মমি অদু ফক্লাংদা খুয়েক হৈরবা লাইয়েকপা অমনা 'থাজবা' হায়বা অদুমকপু লাই ওইনা য়েকথোক্লকপগুম নিংথীজনা তারি। মহাক অতৈ কনা নত্তে; অশোক্কী য়াথং তুংইন্না শিবগী চৈরাক ফংলবা, মতম ঙাইদুনা কৈশুমশঙদা ফম্লিবা কলিঙ্গগী রাজকুমারনি। তাঞ্জাদুদা রাজকুমারী সংঘমিত্রা, শঙলিংবা চণ্ডগিরিনা তুংইন্দুনা মঞ্চকী নাকল অমদগী চঙলকই। রাজকুমারী কোক্তগী খোঙ ফাওবা অমুবা ফিজোন শেংলি। মমীং তথক তথকই অদুবু খোঙথাংদি তপ্পা থাংই। চণ্ডগিরিগী ফরবা মশা মউ, চাউনা মুরবা কোই অমসুং পায়রিবা অচৌবা মীহাৎ থাঙ্‌ হেক উবদদা পূক্লিংদা অকিবা পোকহনবা শকফম্লি। অনীমক রাঙ্গমঞ্চকী থোঙ্গাল য়ৌরক্লবদা রাজকুমারী সংঘমিত্রানা ওনশিল্লক্লুনা )*

সংঘমিত্রা : চণ্ডগিরি ! নহাক মপান্দা লৈরম্মু। ঐ ইথন্নতা চঙনিংই।

চণ্ডগিরি : দেবী ! সম্রাটকী য়াথং ...

সংঘমিত্রা : সম্রাটকী য়াথং ঐ খঙই চণ্ডগিরি ! অদুগা নহাক থাজবা য়াবা মীওইনি হায়বসু ঐ খঙই। কুমারনবু ঙাকপিয়ু হায়রবদি সম্রাত্তি মাবু থাদোকপিননবা শেম শাদুনা লৈ। ঐনা পাম্লিবসু ...

চণ্ডগিরি : দেবী পূম্নমক অদু অচুম্বনি অদুবু ঐগী ইথৌ অসিনা ঐঙোন্দা হায়রিবদি ...

সংঘমিত্রা : *(থেম্বগী মওংদা)* চণ্ডগিরি ! রাজকুমারগা তঙাইফদবা ৱারী অমা শাগদৌবা লৈ। ভিক্ষু উপগুপ্ত য়ৌরক্লিঙৈ মমাংদা ৱারী লোইথোকনিংবনি।

চণ্ডগিরি : ভিক্ষু উপগুপ্ত, মফম অসিদা *(ঙক্লা)* ?

সংঘমিত্রা : মানি চণ্ডগিরি উপগুপ্ত সম্রাটকী য়াথং লৌবা চৎখ্রিবনি।

চণ্ডগিরি : সম্রাটনা মঙোন্দা য়াথং পীবা ? লম্বোইবা অমবু মফম অসিদা চঙনবা য়াথং ... ওইথোক্তবনি... ওইথোক্তবা ৱাফম্নি ।

সংঘমিত্রা : ওইথোক্তবা নত্তে চণ্ডগিরি । য়াথং শোয়দনা ফংগনি। সম্রাটনা ঙমদ্রবা থবক অমা মহাক্না পাঙথোক্লিংলিবনি। চৎলু মহাক লাকপা য়েংউ।

*(চণ্ডগিরি পাউখুম অমত্তা পীদনা অহাঙবদা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈ)*

সংঘমিত্রা : *(নোল্লুকপা স্বরদা)* চৎলো চণ্ডগিরি চৎলো।

চণ্ডগিরি : চৎলগদ্রা ... ফরে চৎলগে রাজকুমারী ! অদুবু দণ্ডী অদুদি লেঙদ্রবনি।

সংঘমিত্রা : সম্রাটকী অতোপ্পা য়াথং লাক্লি ফাওবদি মদু লেঙদ্রবনি চণ্ডগিরি।

চণ্ডগিরি : ফরে দেবী । ঐ মপান্দা লৈরুরগে। অদুবু নিংশিংবিয়ু নুমিৎকী অনৌবা মঙাল লাক্লিঙৈ মমাঙদা রাজকুমারী মফম অসি থাদোকপিগদবনি।

সংঘমিত্রা : ঐ খঙই।

*(চগুগিরি চৎখি। মহাক্না চৎখিবদু ঙাইহাক য়েংলন্নগা কুমারনা লৈরিবা মায়কৈদা ওনশিল্লকই অদুবু খোঙ থাংজিনবদি ঙমদে। স্বর শাংনা হোন্দোক্লুনা )*

সংঘমিত্রা : *(মথন্নতা)* পূম্নমক অসিবু করিনো ? পূক্নিংবু অশুক চিংশিল্লিবা অসিনা করিগীনো ? করিগীনো থমোয় অসিনা তনিক-তনিক্লিবা? কনাগী ইথিলনো *(তথকপা ৱাঙাংদা)* নুংশিবা কৌবা মহাক্কীরা ? থমোয়সিনা অশেংবমক্কী রাজকুমারবু নুংশিরবা হায়বদুরা ? ঐনা মাবু অশিবগী থয়াত্তগী কন্নিংলিব্রা ? মহাকপু কনবা অচুম্বরা? মাদি য়েক্লবনি। ঐগী ইবুং, ঐগী ইরৈবাক, ঐগী সম্রাট, পূম্নমক্কী মহাক য়েক্লবনি ... মানি য়েক্ল বনি। ঐনা য়েক্লববু নুংশিরবা...। ইরৈবাক ইরমদমগী য়েক্ল বনা ঐগী থমোয়গী সিংহাসন্দা ফম্লরবা। ও ... য়েক্লবা ... অদুবু মাদি থৌনাফবনি, অকিবা লৈতবনি, ... ফজবনি। মহাক্কী শামুনা মগধ তেঙ্গোলগী ময়ায় খায়না থৌজিল্লকপা নুমীত্তো পূম্নমক কাওশিংগুম চাইথোকখিবদো ... কোয়শিন্নবা হোৎনরকপদা, মাগী খূৎলাই পায়বা শাথৌবশিংগী তেনকাপনা পূম্নমক ময়া কুমহনখিবদো। কার্ত্তিকমক্লা লানথেংনবগী শক্তমি। সম্রাটমক্লসু নোংমা মহাক্কী মথৌবু থাগৎখি। ঙসি মপাম্থোংদা, কল্লবসু সম্রাটকী থমোয়না, নুংদদি মাগীদমক্তা খোয়রাংলি। খূৎলাইনা নত্তনা কনাগুম্বা অমবু হাৎনবা পাম্বে লৈরিব্রা হায়না হংখিবা সম্রাটকী ৱাহংনা শাক্কীনি। হৌজিকসু সম্রাটকী থমোয়না মহাকপু ঙাকপিবা পাম্লি। ঙাকপিনবা লম্বী থিরিবনি। ঐনা লম্বীদু তাক্কনি ... ঐনা কুমারবু কনগনি ... অদুবু কুমারনা ... নত্তে নত্তে খম্ভবগী মতম লৈত্রে ... সম্রাটনা ঙাকপিবা য়ানবা কুমারদা হায়জবা তাবনি।

*(থুনা য়াওনা পীক্লবা থাউমৈগী মৈঙালদা ৱাখলদা লুপ্তুনা ফম্লিবা কুমার তম্না চঙশিল্লকই, কুমার, কনাগুম্বগী শাউম ফংবদা ফিংলগ্না )*

কুমার : কনানো ? চঙগিরি ! মতম ওইরব্রা ?

সংঘমিত্রা : *(তুমিন লৈ)*

কুমার : খুমদ্রিবা করিগীনো ? কনানো ? *(লেপখৎলকই। নুপীনি খঙলক্লবদা ঙক্নুনা লৈ )* নুপী ! তানফমসিদা? ... মফম অসিদা ? হায়বিয়ু নহাক কনানো ?

সংঘমিত্রা : (তুমিন লৈ)

কুমার : নহাক পাউখুম পীদ্রিবা করিগীনো *(চঙশিল্লকতুনা মুন্না য়েংই। রাজকুমারী সংঘমিত্রানি খঙলক্লবদা খঙহন হন্দোক্লুনা)* রাজকুমারী সংঘমিত্রা ! নহাক ... ও! ... খঙলে।

সংঘমিত্রা : *(হান্নগুম তুমিন লৈ)*

কুমার : লাকপিরবদি করিমত্তা ঙাঙদ্রিবনা করিগী ?

সংঘমিত্রা : *(তুমিন্না লৈ)*

কুমার : বন্দী ঐনা লানখিবা য়াওরম্বা তাই ... ও ঐ খঙলে ঐনা দেবীবু খুরমজখিদ্রে। খুরুমজরি । *(খুৎ লোন্নদুনা খুরুমই)।* লেঙশিনবিসি ... কৈশুমশঙ অসিদা করম্বা থৌনা পুদুনা লেঙবিরকপনো তাকপিসি। লানফম ময়ায়দা নহাকী নবুং মক্লা পাঙথোকপা ঙমখিদ্রবা থবক্তু কৈশুমশঙ অসিদা পাঙথোক্লে খন্দুনা লাকইবরা ?

সংঘমিত্রা : *(তপ্না মাঙদা চঙশিল্লকুনা)* নুংঙাইজরিবদি কুমারনা ঐবু কাউবিরমদবা অসিমক্তি।

কুমার : *(নোক্লদুনা)* য়েক্লববু অদুক থুনা কাউথোকপা কলিঙ্গ কুমারগী বুদ্ধি নত্তে !

সংঘমিত্রা : *(খোঞেল নীক্লা)* য়েক্লবা ? ঐবু নঙগী য়েক্লবা ?

কুমার : কলিঙ্গগী লৈমায়বু মচাশিংগী ঈখেংনা ঈঙাঙ পাক্তেনহল্লবা, তমথীরবা অশোক্কী মচন-নুপীনবু য়েক্লবা নত্তনা কনাদি ওইগনি ?

সংঘমিত্রা : *(অরূম্বা খোঞেল)* ওইবসু য়াই।

কুমার : *(ঙক্লা)* ওইবসু য়াই ?

সংঘমিত্রা : হোয়।

কুমার : দেবী ! থায়নগী ব্রাফম নিংশিংবিবা মাল্লি।

সংঘমিত্রা : ব্রাফম অমত্তসু থায়নগী ওইবা লৈতে। নিংশিংবা হায়বদুনা নৌহন্দুনতা থম্বনি।

কুমার : অদুমকপু মদুগী চৈথেংদি হোংলকপা নাই দেবী !

সংঘমিত্রা : নত্তে কুমার মদু নত্তে। চৈথেংসু খক অহোংবা লৈতে, মদুদগী হেনবা, অকনবা চৈথেং অমগী মরুম থুপখিবদনি।

কুমার : *(নোক্তুনা)* ব্রাহ্মেগী মায়া লাং থাকপদি নুপীশিংদনা পকচৈ রাজকুমারী !

সংঘমিত্রা : *(নক্লা চঙশিন্দুনা)* ব্রাহ্মেগী লাং! কুমার! ব্রাহ্মেগী লাংদি থমোয়গী কাচিন্দগী থাকপনি। ঙাইহাকথক্কী মমাঙদা

নহাক্কা য়াম্বুং মহারাজদা হায়খিবদাই 'মসিরা নঙগী থৌনা; মসিরা নঙগী নপাঙ্গল, মদুগী পাঙ্গলনা সম্রাট ওইরিবা ? বন্দী অমগী মকোক ফাওবা নোলহনবা ঙমদ্রে। অশিবগী লুরেন খোঙ্গাওননবদি মংবুংদসু কৈশাল কয়া কয়া কোইচৎ চত্তুনা লৈরিনা। মদুদি অকনবশিংগী লীচত্তি নত্তেনা', ফজরবা ৱাহৈগী লাং অসিগী মরুমদা নঙগী থমোয়গী পাঙ্গল য়াওখিদবরা?

কুমার : নত্তে মদু নত্তে রাজকুমারী সংঘমিত্রা ! ৱাহৈশিং অদুগী মরুমদা থমোয় নত্তে, ভাৱনা নত্তে, মদুদি অশেংবা, অচুম্বা ঙাক্তনি।

সংঘমিত্রা : কুমার ! য়েরুম মশামক্তি জীব নত্তে অদুবু মদুগী মনুংদদি জীব য়াওই। অশেংবা অচুম্বা অমসুং মীওইবগী ৱাখল অনী অসিগী ফীভমসু মদুগা পাংখক্লি। মীওইববু খক পোত্থাহনদ্রিবা শক্তি অদুমক পূক্লিংনি, ভাৱনানি কুমার !

কুমার : *(নোক্তু না)* মবুংগী মতৌগুম মায়থীবা য়াদে হায়না দেবী সংঘমিত্রাসু ৱাশকখ্রবনি হায়বা উজরে।

সংঘমিত্রা : ঐদি ৱাশকপা হায়বদুদা থাজবা থমদে । ঐনা পামলিবদি পাউখুম্লি।

কুমার : (অতপ্পা ৱাঙাংদা) পাউখুম পীবা অরুবা নত্তে দেবী ! লুরিবদি ইংথহনবনি, থমোয়বু ইংথহনবনি। লানফা ওইরবা ঐগী নাক্তা পাউখুম পীনবা মতম লৈত্রে হায়বসিমসু কাওবিগনু। ঐগী পুন্সীদি মীকুপ মশীং থীদুনা হিংলবা পুন্সীনি দেবী।

সংঘমিত্রা : *(তপথনা)* কুমার অদুগুম্বা মীকুপকী ঙমখৈ অদুতবু থুগাইগে খন্না ননাক্তা ঐ লাকপনি।

কুমার : *(ঙক্লা)* মীকুপ অদুগী ঙমখৈ থুগাইগে খন্না ... । ঐ নহাক্কী অর্থ খঙবা ঙমদ্রে দেবী !

সংঘমিত্রা : ময়েক শেংলবা অর্থনি কুমার। ঐ নফমদগী নহাক্কী থবায়গী ভিক্ষা নিবা লাকচবনি কুমার।

*(ফিভম চেৎনা নৈনবা হোৎনরবসু ঙমদবগুম তনিক তনিক খাঙই)*

কুমার : *(ঙক্লা)* ঐঙোন্দগী ? নিংথীজৈ দেবী নিংথীজৈ। তর্কদা নত্তনা নাত্য কলাদসু চঙখোল্লি হায়বা খঙজরে। অদুনবু নবুংগী মনাক্তদি চৎত্রদুনা ঐগী ইনাক্তা লাকপনি।

সংঘমিত্রা : *(হান্নগুম ইংথনা)* কৈদৌরুনি ? ঐনা ইবুংগী মফমদা কৈদৌরুনি। মহাক্লা ঙম্বদি থবায় লৌবা খক্তনি। থবায় পীবদি নংতনা ঙম্বনি।

*(কুমার থক থক নিক্লা খাঙই। মথংগী মীকুপ্তা শাউনা)*

কুমার : অদুদি হায়য়ু, নহাক্লা হায়নিংলিবসি নবুংগী মনাক্তা চত্তুনা মখা পোনবা য়াদুনা ঙাকপিয়ু হায়জরু অসিরা ?

সংঘমিত্রা : *(উপাই লৈতবগী বাঙাংদা)* নত্তে নত্তে ঐনা হায়জবদি মদু নত্তে। মদু হায়নবা ঐগী পাঙ্গল লৈজদে।

কুমার : অদু নৎত্রবদি হায়রিবদু করিনো ?

সংঘমিত্রা : করিগুম্বা সম্রাটনা নহাকপু থাদোক্ল বা য়াথং পীরক্লবা মদুদদি নহাক্লা য়াদবা তৌবিগনু অসিদং হায়নিংবনি।

কুমার : *(থাজদনা)* করি! করি হায়বা ? মাগধগী হিংচা য়াইতম্লবা সম্রাট অশোক্লা ঐবু থাদোক্লবা য়াথং পীগদ্রা?

সংঘমিত্রা : ঙাকপীরবা য়াই।

কুমার : অদুবু করম্না, করিগীদমক ?

সংঘমিত্রা : করম্না, করিগী, অদুক খঙনিংবা তৌগনু কুমার। মীওইবনা করম্বা মীকৃপতা করি তৌগনি কনানা খঙবা ঙমগনি? হৌজিক হৌজিক মাগধ সম্রাটকী পৃক্লিংগী ফিভম ঐ খঙই। ঐনা হায়জরবদি মহাক্না নহাকপু শোয়দনমক্কী ঙাকপিগনি।

কুমার : নহাক্না হায়জরবদি ঙাকপিবা য়াই। নহাক্না হায়বদা। নহাক্না ঐবু ঙাকপিননবা হায়জগদবা ?

সংঘমিত্রা : মদুগী য়াথং পীরবদি ...

কুমার : অদুবু করিগী ?

সংঘমিত্র : করিগী হায়বা ?

কুমার : মান্নি। নহাক্না ঐবু থাদোকপিননবা হায়জবা পাল্লিবা করিগীনো? করিগীদমক নহাক্না ঐবু কনবা পাল্লিবনো? হায়য়ু করি মরমগীনো ?

সংঘমিত্রা : *(ইতাউ তাউনা)* করিগী পামলিবনো ? কন্নিংলিবা করিগীনো ? *(তপ্না)* নহাক খঙদে ?

কুমার : মান্নি ঐ খঙদে ... অদুনবু নহাক্কী নফমদা হংলিবনি।

সংঘমিত্রা : *(মথন্নতা)* খঙদে অদুনা হংবনি! ... ওহ! নুংশি খঙদবা কুমার ! শাদানবা মতুংগী অহিং অদুসু কাউখ্রবা। নুংশিননা শানখিবা ৱারী কয়াদু কাউরবা ? ... হায়খিবদাই নহাক্না ... ও ইচিনশিনা করম হায়রসিগে। নহাক্না হায়খিবনি ... 'রাজকুমারী নহাক্কী মীৎয়েংনা শরত থাবলবু ইকায়হল্লি ... নহাক্কী মীনোক্না উন্না কৃপ্লবা চীংদোন্দা অয়ুক ওইরকপগুম হিমালয়গী অয়ুকপু ঙমজরি ... নহাক্কী খোঞ্জেলদি মলয়াগী শৈশক্লি ... নঙগী শৈশক্তা য়ৌবন্না জগোই শাজরি।'

*(ঙাঙ্না ঙাঙ্না ব্রাখলদা তাউখি। ফক্লাংদা ঙাদুনা ব্রানা লেপ্পি। মমিৎ অনী উইশিনখি। মশা পূম্বা হিকথখ্রবগী মতৌনি। কন্না হোনবা স্বরনা মরক মরক্তা অচীকপবু নাহেখোনগুম থুগায়রি। চপ লেপ্তুনা, কুমার মহাকপু য়েংদুনা লেপ্পি। অশুম লেপ্পি .. মীকুপ কয়া হৌখি। কুমার মুরুম মুরুম শোল্লি)*

কুমার : *(তপ্না তপ্না)* রাজকুমারী ! নহাক্না তুমিন লৈখ্রিবা করিগীনো? ... ঙাঙউ ... করিগী ব্রা ঙাঙদবনো ? *(তুমিন লৈ)*

কুমার : কুমারী ব্রাখল খল্লি।

*(রাজকুমারী ব্রা ঙাংদে অদুবু শক্তমদি মৈরি থোক্লা চাক্লিবা প্রেমগী থাউমৈগুম ঙাম্বোইরি। মহাক্কী মীৎ অনীদগী হায়নীঙাই লৈতনা ঈংলবা থোইদোক হেন্দোক্লা লংলবা মঙালঅমা থোক্লক্কুনা কুমার তম্না চেনশিল্লক্লবগুম ফাউই। সংঘমিত্রা মশামক মাঙখ্রদুনা কুমারগী থমোয়নুংদা চঙখ্রবগুম কুমারগী থমোয়দা ফাওরক্লবদা হায়রকই।)*

কুমার : রাজকুমারী ! রাজকুমারী ! কদাইদনো নহাকপু ? নহাক্না ব্রাঙাংদবী ওইদুনা তুমিন লেপ্লিবা করিগীনো ? হায়য়ু ... হায়য়ু ... অমুক্তা হায়য়ু নহাকপু কদাইদনো ?

সংঘমিত্রা : *(অতপ্পা খোঞ্জেন্না)* কুমার ! ঐ মফম অসিদা লৈরি কুমার !

কুমার : *(হৌজিক ফাওবা ইহাঙ হাঙনা)* রাজকুমারী ! নহাক কদাইদা চৎলুরবনো? তৌররিবা পূম্নমক অসিনা করিনো? মায়াগী লাং অসিনা করিনো ? করম্বা নুংশি মৈরীনো ? নুংশি ইখৌ লাংলরিবা অসিনা কনাগী করম্বা থৌশিলনো? হায়য়ু রাজকুমারী পূম্নমক মাঙখ্রগদবা মীকুপ অসিদসু নুংশি লীলা শান্নরগা নহাক্কী থমোয়না পেল্লিব্রা?

সংঘমিত্রা : *(য়ানা অরুস্বা স্বরদা)* ... কুমার ! নুপী ওইবীগী থমোয়না অমুক্তংবু নুংশিখ্রবদি নুংশিবা মহাক্কী মখুৎমক্কা ঈঙাং পাক্কেনহল্লফাও নুংশিদুনা অশুম লৈবনি।

কুমার : *(পাখৎনা)* রাজকুমারী !

সংঘমিত্রা : *(খংনোক নোকপা মীনোক)* কিরবরা কুমার । নহাক কিরবরা ?

কুমার : অচুম্বমক্কি কুমারী ! ঐ কিরে। তমথীরবা লানবুঙদা মহাপ্রলয় উর'ফাওবদা কিরক্ত্রবা, ইপানা উফুল্লক্তা য়াহিপ্লদু উর'ফাও ও! হায়না হায়খিদ্রবা, মাগধ সম্রাটকী পীশুম মক্কা মহাক্কী মীৎয়েংবু লূকথহনবা ঙমখিদ্রবা অদুগুম্বা কুমার অদো মীকুপ অসিদদি কিরবনি।

সংঘমিত্রা : *(নোক্নুনা)* থৌনা ফরবা কুমারনা কিরবা। কুমারগী অকিবা অসিগী মরম ঐ খঙবা য়ারোইদ্রা ?

কুমার : থৌজাল !

সংঘমিত্রা : থৌজাল ?

কুমার : অচুম্বনি কুমারী ! নহাক্কী নুংশিবগী ফিরেপ অসিনা ঐগী থৱায় কন্নবা মরম ওইগদ্রা খন্দুনা, নঙগী নুংশিবনা ঐবু লম্বী লম্ফেনহনখিগদ্রা খনবদা ঐ কিরবনি।

সংঘমিত্রা : অদুদি নহাক খঙই, পূম্নমক নহাক খঙই। মাগধ লৈবাক্তা অতিথি ওইনা নহাক শাদানবদা য়াওনবা লাকখিবদু... নহাক নিঙশিংই । মতম অদুদা সম্রাটনা নহাক্কী লীকাপ-তেনকাপ থাগৎখি; নঙনা ঐগী শক কুচু থাগৎখি। পূম্নমক অদুসু নিঙশিংই।

কুমার : করিগুম্বা অমত্তা ওইদ্রবসু কলিঙ্গ রাজকুমারসু নুপানি রাজকুমারী! থাগৎফম থোকপবু থাগৎপদি নুপা ওইবশিংগীদি মথৌনি খল্লি।

সংঘমিত্রা : *(চেকশিন্না)* খঙই অদুনবু হংলিবনি, পূন্নমক্তু ওইবা তারবদি ঐগী নুংশিবা অসিগীদমক নঙগী থব্রায় কনজনিংবদা লাল্লিবা অসি করিনো ?

কুমার : নুংশিবদদি থব্রায়গী ভিক্ষা নিনদবনি রাজকুমারী ! মগধ সম্রাটনা ইকোক অসি কক্লনবা য়াথং পীখ্রবনি। ঐনা য়াথংঅদুগী ইকায় খুম্নবা ঙাক্কনি। মীকুপ খরগী মতুংদা পূক্লিং হূনা নিংথীরবী উষা কৌবী অয়ুক্কী লাইরেম্বীনা নুংশিরবা য়াকাইরোল শক্তুনা নোংমদোন থক্তা কাখৎলকপগা অশিবা কৌবা মহাক্লা ঐগা লেংগোন্নবা লাক্লগনি। কলিঙ্গগী অরোইবা পুংফমদা নৌজরিবী কয়াগী লাইবক্তা নম্বা সিন্দুরবু ঈখেংনা চামথোকখ্রবা তুংসিদা, নঙগী লাইবক্তা ঐনা সিন্দুর করম নমগনি ? ঙসিদি ঐগী ইমিৎ অসিনা নহাক্কী শক উনিংদ্রে।... ঙসিদি ঐগী নাকোংসে নঙগী নুংশি শৈশক তাবদা মতীক চাদ্রবা হায়বদু ওইরবনি।

সংঘমিত্রা : কুমার ! কুমার ! *(চণ্ডগিরি চঙলকই)*

চণ্ডগিরি : দেবী !

সংঘমিত্রা : কনানো ? চণ্ডগিরি নহাক লাক্লব্রা ?

চণ্ডগিরি : অহোই দেবী ! য়াম্না থেঙথবিরে দেবী !

সংঘমিত্রা : কনাগুম্বা অতে লাকপ্রা ?

চণ্ডগিরি : লাক্তে দেবী !

সংঘমিতা : অদুদি হৌজিক ঙাইখো।

চণ্ডগিরি : সম্রাটকী য়াথং তুংওইনবিরে দেবী।

সংঘমিত্রা : *(থেমজিনবগী মওংদা)* ঙাইহাক্তংগা, ঙাইহাক্তনি চণ্ডগিরি! ব্রাসি মপুং ফাদ্রি।

চণ্ডগিরি : দেবীগী য়াথংনি । *(থোকখি)*

সংঘমিত্রা : চৎস্ত্রে । উফ কুমার ঃ

কুমার : *(করেম্না)* দেবী সংঘমিত্রানা নুংশিবগীদমক অদু য়ৌনা নোঞ্জবা ওন্নবা ?

সংঘমিত্রা: *(মঙোন্দা শোকপদুদা)* পান্দম ফংনবগীদমক্তি খুদিংমক য়াই কুমার ! মদুবুনি হৈশিংবা হায়নরিবা।

কুমার : *(শাওরপ্না)* অদুবু দেবী ঐদি অদুগুম্বা হৈশিংবা অদুবু তুক্কচে। কৈদৌনুংদসু নোনবা হৈত্রবা ইকোক্লি, কৈদৌনুংদসু নোন্দে। থব্রায়সি থাখিবা য়াই অদুবু কনামত্তগী মফমদা থৌজানগী ভিক্ষারী ওইবদি ওইথোক্তে।

সংঘমিত্রা: *(স্বর শাংনা হোন্দোক্লদুনা)* অদুননি, ঐনা নঙবু নুংশিরিবসে কুমার !

কুমার : অদুবু কুমারী ! ঐদি মাগধ সম্রাটকী বন্দীনি। নহাকপু নুংশিননবা ঐগী অধিকার লৈতে।

সংঘমিত্রা : কুমার! ঐ নহাকপু থাদোকহনবা ঙমগনি। হৌজিক মীকুপ অসিমক্তদসু থাদোকহনবা ঙম্মি।

কুমার : নত্তে মদু নত্তে। ঐ মাগধ সম্রাটকী থৌজাল পামদে। ইরৈবাক্কী য়েক্লবা, ইপাবু হাৎখিবা মহাক্কী থৌজাল ঐ পামদে। ঐগী হকচাং অসিদা থব্রায়সিনা লৈরিমখৈদি, য়েক্ল বগী থৌজাল লৌররোইদবনি। কলিঙ্গগী থৌনাগী মীংচৎ, ঐনা খক থীহল্লন্নরোই।

সংঘমিত্রা : *(ঈংথনা)* থৌজাল নত্তে কুমার ! হায়রিবসে থৌজাল নত্তে।

কুমার : থৌজাল নৎত্রবদি করি ?

সংঘমিত্রা : নীংঙমদবা !

কুমার : নীংঙমদবা ! *(করেম্নদুনা)* নীংথীজে। অত্যাচারী অশোক্না নিঙমদবা। লিনগী খয়াত্তা অমৃত্ত। দেবী সংঘমিত্রা ! নহাক্না হায়রিবদু করিনো ?

সংঘমিত্রা : ঐনা হায়রিবসি অচুম্বনি কুমার । নহাক লাক্লম্বা তুংদগীদি নীংঙমদবা হায়বদুনা মৈরী থোক্লা সম্রাটপু চাকথেকহৌরবনি। নহাক্না ঙাংলম্বা ৱাঙাংশিংদুনা সম্রাটপু ওৎখাইরম্লবনি । মরম অসিননি কুমার ঐনা চণ্ডগিরিদগী মতম লৌরিবা। নহাকপু থাদোক্লবা য়াথং লাক্লগদবনি। ভিক্ষু উপগুপ্তসু সম্রাটকী নাক্তা চৎখ্রবনি।

কুমার : ভিক্ষু উপগুপ্ত সম্রাটকী নাক্তা চৎখ্রবা!

সংঘমিত্রা : চিংনগনু কুমার ! মহাক নহাক্কী থৱায়গী দান নিবা চৎখিবা নত্তে।

কুমার : নৎত্রবদি করিগী ?

সংঘমিত্রা : নহাক্কা ৱারী শানবা য়াথং লৌবা । নহাক্কী থৱায়গী ভিক্ষাদি নিগে খল্লবদি ঐনসু সম্রাটকী মফমদগী ফিগাউ শানা নহাকপু নিজরম্বা য়াবনি । অদুবু ...

কুমার : অদুবু ...

সংঘমিত্রা : নহাকপু ইকাইবা পীনিংখিদবনা।

কুমার : *(ঙক্লা)* দেবীগী অর্থ ঐ খঙবা ঙমদ্রে।

সংঘমিত্রা : ময়েক শেংলবা ৱাফম্নি কুমার ! নহাকপু থৌজানবিবা, হায়বসি নহাকপু ইকায়বা পীবনি হায়না ঐসু নহাক্না খল্লিবা অদুমক খল্লি। সম্রাটকী মফমদা ঐনা নহাক্কীদমক ৱাহে অমফাওবা হায়খিদে। অদুমমক্তি ওইরবসু কুমার ! মহাক্কী থনুংদা নীংঙমদা মৈরী মৈহৌহন্নবদি অখাকপা থমদনা হোৎনখি। পূম্নমক অদু ভিক্ষু উপগুপ্তগী পাউতাক্তগী ... ।

কুমার : করি ... করি হায়বা নহাক্নবু ভিক্ষু উপগুপ্তগী পাউতাক থাজবা ?

সংঘমিত্রা : মহাক ঐগী গুরু ওইরগদবনি।

কুমার : রাজকুমারী ... !

সংঘমিত্রা : হায়রিবসি অচুম্বনি কুমার !

কুমার : নহাক্না মদু য়ৌরবা ? ঐবু কন্নবগীদমক পূম্নমক অদু তৌরবা?

সংঘমিত্রা : নহাকপু নত্তে, ঈশাবু কঞ্জননবনি ... ঈশাগী ওইজবা কন্নবনি কুমার !

কুমার : অচুম্বনি দেবী! ওইজবা থিবনি। পূম্নমক অসি ওইজবা থিবা ঙাক্তনি। মসিনা শোক্তবা কনাসু লৈতে। ঐসু ওইজবা থিবনি। ইরৈবাক, ধর্ম অমসুং ইথৌনা পূম্নমক ওইজবা ঙাক্তনি। অদুবু দেবী ! ঐগী ওইজবদি হায়নিংঙাই লৈতনা পাক চাউই। হৌজিকসু মপুঙ্ ফাগদবা ৱাৎলি। সম্রাটকী নিঙমদবসু তোর্ব্বান খক্তা য়ৌরিবনি, লুরবা ঈরোম্নুং য়ৌননবা অহেনবা চৈথেং তঙাইফদ্রি। মপূং ফানা মাঙহন্দ্রিমখৈদি অনৌবা শাগৎপা ওইথোক্তবনি।

সংঘমিত্রা : হৌজিকপু করি মাঙতাক্কদবা ৱাৎলি কুমার?

কুমার : য়াম্না ৱাৎলি দেবী!

সংঘমিত্রা : *(পাখৎনা)* হায়রিবদু করিনো ?

কুমার : (পূক্লিং নুংশিনা) অচুম্বমক্লি রাজকুমারী ! কলিঙ্গগী ঈখেংগী যজ্ঞ লোইশিন্দ্রি, ঐগী থব্বায় কৎখিদ্রি, নঙগী থমোয়সু কায়খিদ্রি। নীঙন্নক্তবদগী পীখিবা, মশামক্কী য়াথংনা কায়বদো হৌজিক অশোক মশামক্লা উখিগদবা ব্বাংলি।

সংঘমিত্রা : *(অঙাওবীগুম)* করি ... করি হায়রিবশিং অদু করিনো?

কুমার : অচুম্বনি দেবী। য়েংউ চণ্ডগিরি অমুক লাকইবসি য়েংউ। হন্দক্তি মহাক লেম্না হল্লরোই। ঐগী মতম য়ৌরক্লবনি।

*(চণ্ডগিরি চঙলকই)*

চণ্ডগিরি : দেবী, সম্রাটকী য়াথং পাঙথোক্কদবা মতম য়ৌরক্লে।

সংঘমিত্রা : (পাখৎনা) ঙাইখো চণ্ডগিরি মীকুপ অনীদংগা ঙাইখো। মখোয় শোয়দনা য়ৌরক্লগনি।

কুমার : নত্তে চণ্ডগিরি হৌজিক্তি কনাবুসু ঙাইগদবা নত্তে। নহাক্তি মফম অসিদা ঙাইখো। তাউ দেবী সংঘমিত্রা, ঐনা নহাকপু নুংশিজে, ইপুন্সীদগীসু হেন্না নুংশিজে অদুবু নঙোন্দগীদি ইরৈবাক্লা হেন্না নুংশিজে। ইরৈবাক্তগীসু অমুক হেন্না ঐনা মীওইবা হায়বদুবু নুংশিজে। অদুগুম্বা মীওইবা হায়বদো ঙসিদি নীঙাইবা লৈতনা তুমখুন তাল্লিবনি। মহাকপু মীকপ থোকহন্ননবা বলিদান কয়া তঙাই ফদে।

সংঘমিত্রা : *(য়ৈহত্তুনা)* কুমার ... অমুক্তা তাখো কুমার ... কুমার...।

কুমার : কুমারী ! ঐদি য়াম্না তারবনি! হৌজিক্তি নহাক তাগদবনি। তাও রাজকুমারী তাও, কলিঙ্গ যুবরাজদি থব্বায়গীদমক কিবা লৈতে। নুপীবু কিবসু লৈতে। নহাক্লা ঐবু থাঙ্গেশেংনা

নুংশিরবদি সংঘমিত্রা! খঙউ "নহাক্না নুংশিজবা মহাক্তি কলিঙ্গগী রক্তযজ্ঞ মপূং ফাহন্নবা মশাগী ঈখেংনা পুর্নাহুতি কৎনিংলি। নঙসু যজ্ঞসিদা আহুতি কৎলরো। নহাক্কী নুংশিবগী বলিদান কৎলরো, কলিঙ্গ চনুরাশিংগী মীকপ্তা নহাক্কী মীকপসু তিনশিন্দুনা অতিয়া থক-থক নিকহল্লরো; অমম্বা অহিংগী অয়ুক্না য়াকাইহরক্লবা মপূং ফানা মাঙহন তাকহল্লরো হায়দুনা নহাকপুসু নিমন্ত্রন তৌরিবনি।"

*(ঙাঙনা ঙাঙনা চপ য়ুংনা মূর্তিগুম লেপ্লিবা চণ্ডগিরি তম্না চঙশিনখি)*

কুমার : পীরকউ কদাই চণ্ডগিরি ! নঙগী থাঙদু পীরকউ। ইপাম্বোমগী পাঙ্গলসে নঙোন্দগী হন্থবা নত্তে।

*(চণ্ডগিরিনা অঙাওবগুম চঙক্রিঙৈ তাল্লক্তা নোংথাংগুম য়াঙনা কুমারনা মখূত্তগী থাঙ মুনখি। চণ্ডগিরিগা সংঘমিত্রগা মীকপ থোক্লকবগুম চেনশিন্নবা লাক্রে)*

চণ্ডগিরি : তৌরিবদু করিনো কুমার । ঐগী থাঙ পীরকউ ঐগী থাঙদু পীরকউ।

সংঘমিত্রা : কুমার... কুমার থাঙ থাদোকউ। *(থাঙ মুন্নবা অনীমক্না হোৎনৈ অদুবু নংহৌদে। কুমারনা থাঙশাংদু থূম্না মথবাক্তা থিংজিনখিবা উবদা সংঘমিত্রা )*..... ও .. কুমার! তৌরিবা মতৌসিবু করিনো ... নথবাক্তা থাঙনা থিনজরবা ... ও ! কনা লৈ ? চণ্ডগিরি ! *(থাঙ শৎকে তৌই, কুমারনা থিংই)*

কুমার : চণ্ডগিরি .. চণ্ডগিরি থাঙসি শৎলু ।

---

রক্তযজ্ঞ - ঈগী যজ্ঞ

চণ্ডগিরি : *(থাঙ শৎলি, কুমারগী চৈনা খাঙবগী খোঞ্জেল তাই)* ঐ চৎলে। কুমার মশা মদোম থাঙনা থিঞ্জদুনা শিজরে হায়না সম্রাটতা তম্মুখিগে। *(চেনগে তৌই)*

সংঘমিত্রা (অঙাওবীগুম) চণ্ডগিরি ! ... থাঙদু পীরকউ ঐঙোন্দা থাঙদু পীরম্লগা চৎলু।

চণ্ডগিরি : *(ওনশিল্লকুনা)* রাজকুমারী ! চণ্ডগিরি অদু য়ৌনা পঙবা নত্তে। থাঙ পীদুনা রাজকুমারীবু শিননবা তাঞ্জা পীবা ঐ ঙমজরোই। *(চৎখিবা)*

সংঘমিত্রা : ঙাইখো চণ্ডগিরি ঙাইখো । *(তান্নগে তোই)*

কুমার : *(সংঘমিত্রাগী ফিজি পায়দুনা)* চৎলিবা কদাইদনো সংঘমিত্রা! ঙাইখো । নুংশিনবগী মীকুপ অসিদদি ইদোম থাদোক্লমগনু। চৎখ্রগদবা ঐহাক্লি। নথমোয় পেন্না নুংশিহৌরো অদুদগীদি ... অদুদগীদি ...

*(মহেন্দ্র চঙলকই)*

মহেন্দ্র : *(চঙলক চঙলক্লা)* সংঘমিত্রা ! ঙাকপিরে, সম্রাটনা কুমারবু ঙাকপিরে। হৌজিক্তি কুমার মনীংতম্লে মরৈবাকসু নীংতম্লে। *(মখাদা য়েংথরুবদা)* করিনো ... তৌরিবসি করিনো ... কদাইদগী ঈ ... ও ... কুমার .. কুমারবু ...। চণ্ডগিরিনা মীকুপ অমতং ফাওবা ঙাইঙমখিদ্রবা ...?

সংঘমিত্রা : নত্তে য়াম্লুং মদু নত্তে চণ্ডগিরিনা করিমত্তা তৌখিদে। সম্রাটকী থৌজালগী মপাউ তানিংখিদ্রমাল্লে চণ্ডগিরিগী থাঙশাংনা কুমার মশামক্লা মশাগী থব্বায় লৌজখ্রবনি।

*(ভিক্ষু উপগুপ্তসু চঙলকপা উবদা)*

মহেন্দ্র : তৌরিবা অসিবু করিনো ভন্তে ! করিনো ? অনৌবা অয়ুক অসিদা ?

ভিক্ষু : তপথৌ দেবী সংঘমিত্রা ! তপথৌ মহেন্দ্র । থোক্লরিবা খূদিংমক য়াইফরবা ঙাক্তনি। থব্রায়গীদি অরোইবা হায়বদু লৈতবনি। কলিঙ্গগী রক্তযজ্ঞ, পূর্ণাহুতি পীরবনি।

সংঘমিত্রা : *(নীক্লবা খোঞ্জেন্না)* ভন্তে !

মহেন্দ্র : তাকপিরিবদুবু করিনো ভন্তে !

ভিক্ষু : হায়রিবা অসি অচুম্বনি। কুমারনা ঐগী লম্বী ফাৎলম্লবনি। কুমারগী বলিদান অসিমক্না মীওইবা হায়বদুবু য়াকাইহল্লগদবনি। অশোক মশাগী মশক খঙলগনি, শোয়দনবমক্কী খঙলগনি। মাঙ তাকপা মপূং ফারিবমখৈ অনৌবা শাগৎপা চেৎপনি।

কুমার : *(মমিৎ পাঙথোক্লক্তুনা অরোইবা খোনফমদা)* খুরুমজরি ভন্তে! খুরুমজরি। নমো বুদ্ধায় ! নমো বুদ্ধায়। বুদ্ধম সরনম গচ্ছামি, ধম্মম সরনম গচ্ছামি , সংঘম সরনম গচ্ছামি ।

*(হায়না হায়না খোঞ্জেন পীকথখি, স্বর তৎখি, মীৎ উইশিনখি। রাজকুমারী সংঘমিত্রা থমোয় শোক্লা লাউরম্লগা হাইথদুনা তাখি। তাঞ্জাদুমক্তদা সম্রাট, চণ্ডগিরিগা চঙলকই। অকিবা ফংলবা চণ্ডগিরিগী শকফম ঈশিংগুম মহী চেনখিদুনা তোল্লবা অমগী শক্তম লৌরকখি। সম্রাট অশোক্কী মায়থোংদা মায়থীবগী মমি হেন্না হেন্না তারকই)**

---

* মতাং অসিদা লীলা লোইশিনবা য়াই।

চণ্ডগিরি : দেব! রাজকুমারীনা শাক্ষীনি , ঐগী খুত্তগী থাগু মুল্লগা মহাক মদোম থিনজবনি।

অশোক : *(শাউনা)* নঙনা লেপ্তুনা য়েংবা... নমিত্তু তাঙ্খ্রব্রা ... নংত্রগা নপাম্বোমদা পাঙ্গল য়াওদ্রবরা? নমিংনা উনা উনা ঐগী য়াথং কায়হনখ্রবা। নঙমক্লা...? ঐনা হংলিবসিনি নখুৎমক্তদগী করম্না কুমারবু থাগু মুলহনখি ... হায়য়ু।

মহেন্দ্র : *(মাঙদা চণ্ডশিল্লকক্তুনা)* করম্না মুল্লি হায়বদি য়াম্মুংনা হেন্না খণ্ডবিরম্লগনি। চণ্ডগিরিগী ৱা অশেংবনি। ঐনা থুংজরবা মতমদা পূন্নমক লোইরম্লে সম্রাট। কুমারনা সম্রাটকী থৌজাল লৌখিদ্রে।

অশোক : *(মহেন্দ্রদা খংয়েং য়েংদুনা)* কুমারনা ঐগী থৌজাল লৌখিদ্রে ? (কুমারগী নাক্তা ফমথৈ) কুমার ! কুমার নঙনা মায় পাকলে ঐনা মায়থীবা ওইহৌরে। ঐনা ঙাকপীবা শুকয়া য়ারোই, কৈদৌনুংদা য়ারোই, নচননুপীনা অশেংবা হায়রম্মী। নঙনা মদুমক কায়দনা তৌখ্রবা।

সংঘমিত্রা : *(পিনা থূম্লাৎলবা মীৎয়েংনা থাজদনা)* কুমারগী মচন ? কদাই ? মহাকপু য়াম্মুংগী নাক্তা লাক্লম্বরা ?

*(রাধাগুপ্তগা লোয়ননা মহারানী কারুৱাকী অমসুং ভিক্ষুনীগী ফিজোন্দা রাজকুমারী অহুম্মক চঙলকই। মহারানীগী মাইথোংদা অৱাবগী মমি... রাজকুমারীনা অমুক হেন্না ৱানা)*

রাধাগুপ্ত : লেঙশিনবিরকসি মহারানী। *(নিঙাইদনা য়াতারিবা কুমারগী নাক্তা পূন্নমক চঙলকই, সংঘমিত্রাসু লেপখৎলকই)*।

সংঘমিত্রা : কনানো ? ইনম্মা .. কলিঙ্গ রাজকুমারীগা।

কারুৱাকী: মানি । ঙরাংনা কলিঙ্গ রাজকুমারী ঙসিনা লম্বোইরবীনি অদুবু সংঘমিত্রা ! তৌরম্লিবা অসি করিনো নঙমক্না করিমত্তা ঙমখিদ্রবা ?

সংঘমিত্রা : নুংশি লীপুন্দগীদি মীওইবগী লীপূন্না থোইনা হেন্না চেৎলম্লেনে ইনম্মা। সম্রাটপু মায়থীবা পীনবা নুপী ওইবীগী নাপল পূন্বা মচেৎ মচেৎ তাহনবিরম্লে কুমারনা।

রাজকুমারী : নত্তে নত্তে দেবী ! মদু নত্তে। কুমারনা পামজরম্বদি কলিঙ্গগী রক্তযজ্ঞ অসিবু মপুং ফাহনবা থক্তনি; মহাক্না তৌরম্বসু মসিদনি। অহিংগী তুংদা হুল্লকপা, চীংখৈ মানা মথ্বায় থারগা অয়ুক্কী নুমিৎ থোকপনি দেবী সংঘমিত্রা!

*(হায়না হায়না ভিক্ষুগী ফিজেৎ শেৎলিবী রাজকুমারী খুকউ কূন্দুনা কুমারগী নাক্তা ফমথৈ। থিংদুনা থম্লম্বা ঈচেলনা পল নমখায়রকপগুম প্রেমগী চাংজৌ পাথরক্কুনা শিরবা কুমারগী মশা পায়দুনা হৌন কপ্লকই)* য়াম্বুং ... য়াম্বুং ...

*(খঙহৌদনা, অশোক মখূৎ অনীমক্না মমায় খুমদুনা মনীংদা হন্দোকই। চণ্ডগিড়ি, রাধাগুপ্ত অমসুং মহেন্দ্রসু লৈথোরকই। সংঘমিত্রানা রাজকুমারীবু মথানুংদা কোনখৎলদুনা কপ্লা-কপ্লা হায়রকই।)*

সংঘমিত্রা : ইবেম্মা ... ঙসিদি ঐখোয় অনীমক অৱাবা তারবীনি অদুবু অৱাবা খাঙবা তারবনি। ঐখোয়না ৱারগা মীওইবগী য়াইফবা ওইরগনি

*(ভিক্ষু উপগুপ্ত মাঙদা চঙশিল্লকতুনা)*

উপগুপ্ত : তথাগতকী লম্বীদা অৱাবা হায়বদুগী মফম লৈতবনি ভিক্ষুনী।

*(রাজকুমারীনা মশাবু নাম্বোকহন্দুনা মঙোন্দা য়েংই)*

রাজকুমারী : *(শাউনা)* ঐ পামজদ্রে তথাগতকী ব্রত্ত। নঙগী ফিজোনসিসু লৌজখ্রো। ঐদি রাজকুমারী ওইবা পাম্লিবীনি। অমুক হন্না ইচম চমজবী নুপী হায়বদুনি ওইনিংলিবা। ঐদি লমন খুমনিংই। মীনুংশি য়াওদনা কলিঙ্গবু অসি য়ৌনা মাঙহনখিবগী লমন খুম্বনি ঐনা পাম্লিবা। মীহাৎপা অশোকপু হাৎপনি ঐনা পাম্লিবা।

সংঘমিত্রা : কুমারী .. রাজকুমারী *(অমুক হন্না মথানুংদা কোনশিল্লি রাজ্কুমারীনা কম্বোক্লবা হোৎনৈ)*

রাজকুমারী : থাদোকউ .. ঐবু থাদোকউ ...।

অশোক : *(চঙশিল্লকুনা রাজকুমারীগী মাঙদা খুকউ কুন্দুনা ফম্লগা)* কুমারী নহাক্কী ব্রা অচুম্বনি। ঐ মীহাৎপনি। নপাবুংবুসু ঐনা হাৎপনি। নয়াম্বুংবুসু হাৎপনি। নঙনা ঐবু হাৎলু .. সে *(থাঙ পী)* থাঙশাং অসিনা ইঙক অসি ককথৎলু। ঐবু হাৎলবতদা যজ্ঞ অসি মপূং ফাগদৌরিবনি। লৌ থাঙসি লৌ ... ।

রাজকুমারী : *(পূক্লিং হোংদুনা)* নত্তে ... নত্তে...

অশোক : (হান্নগুম) লৌ কুমারী থাঙ অসি লৌ ... ঐ লেপ্লিবা অসিনি।

রাজকুমরী : নত্তে ... নত্তে.. ঐনা তৌরিবসি করিনো ? ঐনা খল্লুরিবসি করিনো ? ও ... য়াম্বুং ... য়াম্বুং! *(মখূৎ অনীনা মমায় খুমদুনা কপই। উপগুপ্ত চঙশিল্লকুনা রাজকুমারী মকোকতা খূৎ থম্মি)*

উপগুপ্ত : তপথৌ ভিক্ষুনী তপথৌ। অশোকপু হাৎননবা হৌজিকসু পূক্লিং খরগা ফাথখিবা তাবনি। মদুগীদমক্তনি কুমারনা থব্রায় কৎলম্লিবসে । নহাক্কী অনীংবসু মদুগীদমক কখোকপা তাবনি।

*(রাজকুমারী খঙহৌদনা ভিক্ষুগী মখোঙ শোকই)*

রাজকুমারী : ঙাকপিয়ু গুরুদেব ! ঙাকপিয়ু ।

*(ভিক্ষু উপগুপ্তনা মনঙ্গন্দা নাম্থবি পূম্নমক মকোক নোন্দুনা আশীর্ব্বাদ অদু লৌরিবগুম লেপ্লি। মীনুংশিনা অনৌবা মঙালগী শক্তম লৌদুনা ঙাম্থোক্লকপগুম উই। ফমপাক থক্তা অনৌবা অয়ুক্কী মঙাল তারকই। কুমারগী হকচাংদা চুমথাং খল্লকই। তপ্না-তপ্না ফিজং হাইথরকই ।)*

# উপসংহার

*( অহানবা অঙ্কগী দৃশ্য অদুমক। অশোক ৰাখল লুনা খম্বৎবগী মওংদা, মোং-হাদনা হঙ্গৎ হন্দা চৎলি। মনাক নক্লা য়েংলবদি য়াম্নমক লাঙ্তক্নবগী শকফম্মক্লি। মরক মরক্তা চপ চপ লেপ্তুনা অহাংবা অতিয়াদা য়েংদুনা লৈ। অদুদগী মথন্নতা ...)*

অশোক : (মথন্নতা) নুমিৎ তরানি অসিদা করিদগী করি ওইখ্রবা ... । মীকূপ অমদা হৌরকপা অৱাবনা ঐবু কদাই তান্না হুমখ্রবা ! অকিবা মঙলান অমা মঙফাওনদ্রিবগুম তৌরি। ইশানা ইশাবু কয়াগী মতিক পাঙ্গল্লে হায়না থাজরমলবা । ইমিংদা তাবদা সংসারনা কিনরম্লবা, অকিবা হায়বা অদুমক্কী শক্তম ওইরবা ঐনা, তাঞ্জা লাকপদদি লানফা অমখকপু ফাওবদা ইয়াথং ইলহনবা ঙমখিদ্রবা! নুমিৎ তরানি অসিদা অশিবা অমসুং অশোকপনা মালেম থলহনবা ঙম্লবা, মশীং থীবা ঙমদনা মী হাৎলবা ঐনা কন্নিংলকপা তাঞ্জাদনা মী অমখক্কী থৱায় ফাওবা কনবা ঙমখিদ্রবা *(মথক্তা য়েংখৎলদুনা)* ঐনা মী অমখক্কী থৱায় কনবা ঙমদ্রবা। পাঙ্গল্লবা, ইপুঙ্সিদা অকনবা শাফু পীরম্লবা মীওই অমগী। মহাক্লা ঐবু শীংনরম্মি পাঙ্গনবা নত্তে অশিবগী মকোক চেনবা কৈশান্নি হায়রম্মি। কৈশাল *(নুঙাইতবা মওংদা)* কৈশাল ... ঐ কৈশাল ওইরবা ... অঙকপনি মহাক্লা শীংনরিবদুবু অরানবনি উৎপা ঙমদনা অহোইনদুম ঐবু অনৌবা লম্বী উহন্নবা মচাক ওইখ্রবা। উনা উনা অকি মঙলান্না থল্লবা অমম্বা অহিংসে হৌখ্রে। অঙানবা অয়ুক ওইরক্লে। অথীবা মিংচৎ মাঙখ্রে .. ঐগী আত্মা, অশেংবা ওইরক্লে, অদুবু ... অদুবু ... অৱাবা খোঞ্জেল ময়াম, মৃৎত্রিবা চিতা ময়ামদগী থোক্লকপা মৈচাক্কী নাহেখোনশিং, তেক কায়রবা ফূড়া দলানশিংদগী তারিবা মকুগী খোঞ্জেলশিং, শেকপীশিংগী চি চি খোঞ্জেল, নহা, অহল, নুপী অঙাং ময়ামগী মীৎলুদগী চেম্থরক্লিবা মৈচাকশিং ... ময়ামদুনা .. ময়ামদুনা

... ঐবু অনৌবা সৃষ্টি অমা তৌহনগদ্রা ? পূম্নমক অদুবু কাউথোক্লুনা ঐবু অনৌবা খুৎশেম অমা পুরকপা ঙম্নগদ্রা ? (মীকূপ খরা তূমিন লৈ) লম্বোইবা অদুনদি হায়রম্মি । অনৌবা খুশেম অমা নহাক্লা পুরকপা ঙমগনি। তথাগতকী পাউতাক্লা অনৌবা লৈশেমৱা পুরক্লগনি। *(ৱাখলদা তাউথখিবগুম)* তথাগতকী লম্বী। অহিংসা অমসুং মানৱতাগী লম্বী.. ঐবু লম্বীদুদা চৎপা ঙমখিগদ্রা? ... প্রেম্না দিগ্বিজয় তৌবা ঙমখিগদ্রা ? ... খঙদ্রে ঐ করিমতা খঙবা ঙমদ্রে। লান অসি *লেপশ্লগদ্রা ? (থাঙশাং পায়খত্তুনা)* খুজু খূৎলাইশিং অসি মাঙহনখ্রগদরা ? মূক্লবা ময়ামসি মৃৎখ্রদরা ?

*(মহারানী কারুৱাকী চঙলকই)*

কারুৱাকী : দেব !

অশোক : (খংপ্রেক খংনা) কনানো ? ... দেবী ! নহাক লাক্লবা ?

কারুৱাকী : ঙাইজরম্বদগী অসুম থেঙজিল্লক্লবদুদা লাকচরবনি। ৱাখল য়াম্না খনবিবগুম উজবসিবু ... ?

অশোক : থবক তৌদনা পঙখন্দা খনবদি গর্ভপাতকী মশক্নি। নহাক্লা হায়বা অচুম্বনি দেবী। অদুবু দেবী ! অনৌবা যুগ অমা তশেংনমক লাক্লগদ্রা ? তশেংনমক নুংশিবা অমসুং ফজবা হায়বদুনা পুন্সী অসি থল্লগদ্রা? লান তৌদনা শোয়দনমক্কী নুংঙাইবা ফংলগদ্রা ?

কারুৱাকী : ইনিংথৌনা খনবিরবদি মদুমক ওইৱগনি ।

অশোক : *(লাঙ্‌তক্লনা)* মদুমক ওইগনি। .. তশেংনমক ওইরগদ্রা?

কারুৱাকী: শোয়দ্রবনি ইনিংথৌ। ভিক্ষু অদুনসু সম্রাটনা অসুক্কী মতিক ৱাখল খল্লবদি শোয়দনা 'অনৌবা যুগ ওইরক্লগনি'— হায়রম্মী। মদুগীদমক্তনি যুবরাজগী থৱায়না আহুতি পীরম্লিবা।

---

সৃষ্টি = খূৎশেম

অশোক : অচুম্বমক্কীরা?

কারুব্বাকী : অচুম্বনি ইনিংথৌ। থমোয়নুংদা লাম্ছেংনরবতদা মীওইবনা মশানা মশাবু শকখণ্ডলকই। মশাবু শকখণ্ডলক্লবদি মীওইবা অমসুং মীওইবগী মতৌ শকখণ্ডবদা কুইনা চণ্ডলরোই।

অশোক : কয়াদা নিংথীখ্রবা নহাক্কী ব্বাঙাংনো দেবী! কয়াদা নিংথীজখ্রবনো ? অদু য়ৌনা নহাক খণ্ডলমগনি হায়বদি ঐ খণ্ডলুদে।

কারুব্বাকী : ঐদি করিসু খণ্ডজবা নত্তে ইনিংথৌ। পূম্নমক ভিক্ষু উপগুপ্তনা তাকপীবনি।

অশোক : ভিক্ষুনা হায়বা অচুম্বনি। *(খুদক্তা)* মহাক হৌজিক কদাইদা লৈখ্রে দেবী ?

কারুব্বাকী : ইনিংথৌ ! হৌজিক্তি মহাক দেবী সংঘমিত্রাগী নাক্তা লৈরি। দেবীসু দীক্ষা লৌরগে লেপখ্রে। ইনিংথৌবু মফমদু তান্না পুজগে খন্দুনা ঐ লাকচবনি (খণ্ডহৌদনা বুদ্ধ মন্ত্র শকপগী খোঞ্জেল তারকই) তাবীয়ু ইনিংথৌ তাবিয়ু। কয়াদা খোইথুম্নরিবা, কয়াদা নুংশিরিবা কয়াদা নুঙাইহল্লিবা স্বরনো।

*(খোঞ্জেন্দু হৌবা হেঙ্গৎলকই)*

স্বর : বুদ্ধম শরনম গচ্ছামি, ধম্মম শরনম গচছামি, সংঘম শরনম গচছামি।

অশোক : *(ভাবদা লূপ্লদুনা)* অশেংবনি, তশেংনমক নুংশিরবা খোইথুম্নরবা স্বরনি। দেবী! শক্লিবসি কনানো ?

কারুব্বাকী : কলিঙ্গ রাজকুমারীগা লোয়ননা দেবী সংঘমিত্রা অমসুং রেব্বানি।

অশোক : রেব্বা! রেব্বাসু ভিক্ষুনী ওইগদৌরবা ?

কারুব্বাকী : ঐহাকসুনি। ইপূক্লিং অসিনা মন্ত্র অসিবু শকচনিংই। শকপিয়ু ইনিংথৌ নহাকসু শকউ, বুদ্ধম সরনম ......

অশোক : ঐবুসু শকউ, শোল্লু ? উম ... হোৎনদুনদি য়েংগে ... করিগুম্বা নোংমদি ঐসু মন্ত্র অসিগী মতীক চাবা ওইরকপা ঙম্ব্রা য়েংগে। *(শকই)* বুদ্ধম সরনম ...

*(মাইথোংদা মঙাল অমা তারকই। মীয়েং শাল্লকপগী মওংনি। মমিৎ উইশিন্দুনা কারুব্বাকী মপূক্লিং লূপশিনখি। মতমদুদা রেব্বাগী খোঞ্জেল তারকই। পূক্লিং হকচাং লূপ্না রেব্বা ঈশৈ শকই)*

চঙজৌ বুদ্ধগী শরনদা
চঙজৌ সংঘগী শরনদা ।।
ধর্ম্মগী শরনদা চঙজরো
বুদ্ধগী শরনদা চঙজরো ।।
অকিবনা থল্লবা
অমম্বা অহিং হৌখরে,
অনৌবা অয়ুক্কী
ঙাঙ্গ্রানবা মঙালদা
মায়কৈ তরা শীল্ভুংনা
চেক্লাগী শৈশক্লা নিল্লক্লে।

অব্রা অনা অকি অখং
ঙম্না কোকহনবিরিবা
বুদ্ধগী শরন্দা চঙজরো
ধর্ম্মগী শরন্দা চঙজরো

---

শরণ = মকাদা

সনা ফিগে ইথক হৌ
অনৌবা অয়ুক্কী মঙালনা
তথাগতকী লম্বী উৎলরে
পুন্সিদা নির্বান ফংঙম্লি।
সনাগুম তাইবঙবু লংহনবা
বুদ্ধগী শরনদা চঙজরো
সংঘগী শরনদা চঙজরো
ধর্ম্মগী শরন্দা চঙজরো ॥
লাক্লে সত্যা অহিংসাগী যুগ
মিনুংশিগী ঈথক ঈহৌরে
প্রলয়গী মৈরি মুথখ্রে।
য়েংথীনবা লানফম মুথৎপা
বুদ্ধগী শরনদা চঙ্জরো
সংঘগী শরনদা চঙজরো
ধর্ম্মগী শরনদা চঙজরো।
ধর্ম্ম রাজ্যগী মতম লাক্লে
মোমোন নোকচরে মীওইবা
নুংশি চান্নবগী জয়মালা
সংস্কৃতিনা তাইবঙ ঙক্তা হুক্লরে।
বুদ্ধগী শরনদা চঙজরো
সংঘগী শরনদা চঙজরো ।

*(স্বরদু অসুম নকশিল্লকই। রেব্রা, সংঘমিত্রা অমসুং কলিঙ্গ রাজকুমারী চঙলকই। পূক্লিং লূপ্না শৈশক্লি, অনীদুনা শৈখুন্লি। পূম্নমক্কী মায়থোং ঙাম্থোকই। অশোক অমসুং কারুবাকী খঙহৌদনা পূম্নমক্কু খুরুমই। ঈশৈ শক্লা শক্লা মখোয় মায়কৈ অমদা চৎখি। অশোক অমসুং কারুবাকী খুরুম্বগী ফিভমদা নোল্লুক্লনা লৈহৌই। খোঞ্জেলদুনা তামশ্রবদা থাজবগী বাঙাংদা অশোক্লা...।)*

অশোক: দেবী! মন্ত্র অসিগী ঐহাক অসি মতীক চারব্রা চাদ্রিবরা ঐ খণ্ডদে। ঐ খণ্ডদে। ইশাগী পরীক্ষা লৌখিবা তারি অদুমকপু ব্রাফম অমদি চপ চানা হায়রগে। হৌজিক্তি দিগ্বিজয় নত্তে ধর্ম্ম বিজয়নি তৌগদবা । ঐগী লাল্লাউ, ধর্মগী খেঞ্জেল ওইরনি। মালেম ইমাদা নমদুনা মচাগী ঈখেং পিথক্করোই, অশোক অপনগী নহেখোলনা অতিয়া থক থক নীক্করোই। লুখ্রা কয়া কয়াগী, লমজা কয়া কয়াগী অব্রা তেংথাখোন্না শান্তিবু লাকহৎল্লহরোই *(শ্বর শাংনা)* ... ঐ উরে দেবী! লাক্কদৌরবা যুগকী মীওইশিংদি অব্রা-অনা লৈত-লায়র কোকহন্নবা শক্তিনা খূৎলাই ওইররোই নুংশিবনা ওইরনি।

কারুব্রাকী : প্রিয়তম, হে দেব ! নহাক অথোইবমক্লি , নহাকসি কয়াদা ব্রাংখ্রবা ঃ

অশোক : অথোইবা অব্রাংবা হায়বদু ঐগী ইফমদগী য়াম্না থাপ্লি দেবী! অদুবু ঐ হোৎনখিগনি। ঐ খণ্ডই। শোয়দনা মায় পাক্কনি।

*(ভিক্ষু উপগুপ্ত চণ্ডলকই)*

উপগুপ্ত : হোৎনরিবা মহাক্কুগী মখোঙ খাদা মায়পাকপা হায়বদু লেঙদনা লৈবনি।

*(ভিক্ষু উবদা অনীমক মকোক নোন্না খুরুমই। ভিক্ষুনা মখূৎ থাঙ্গৎত্তুনা আশীর্ব্বাদ পী। ফিজং তপ্না হাইথরকই)*



হন্দোকখ্রবা লাইরিকশিংঃ

১. ডঙ্কল প্রস্তাব্র

য়ানবা ব্রাফম্লা নৎত্রগা আত্মহত্যারা ?

২. অপুনবা ভারত

৩. সংঘগী ব্রারী

৪. অনৌবা অয়ুক (নাটক)

প্রেসতা লৈরিবশিংঃ

১. শ্রীরামচরিতমানস

(১বা, ২শুবা অধ্যায়)

২. ইমাগী লমন (শৈরেং)

৩. দিনদয়াল উপাধ্যায়গী

ইন্টিগ্রেল হ্যুমেনিজম

৪. ফাহ্যান